শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

# মেহরু

শরৎ পব্লিকেসন্স, ওইনাম বাজার মণিপুর

লৈরাং অহানবা অহানবা কুমদমগী
লৈকৎচখি পষ্ট্রৌ নকাতম নচানা
হুম্দকমুকসু লৈরোল লৈশাৎলকলিবা লৈরাংসে
অপোকপাপুকফবা নকাদা কৎচৈ খুৎথেংননা



"MEHRU" A Manipuri Novel by Saratchandra Nongthomba
SP/N/R 3/1994



অহানবা ফোংবা ১৯৬৭

২শুবা ফোংবা ১৯৭২

৩শুবা ফোংবা ১৯৯৪

কোপী মশিং : ১১০০

ফোংদোকপা : কুমাম মেমপারীনা শরৎ পব্লিকেসন্স, ওইনাম বাজারগীদমক তশুবা খংনম ওইনা পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ), পা' বাজার ইম্ফালদা নমথোক্লগা ফোংদোকপা

মখুমশী মওং, যেকপা অমসুং নমথোকপা :
এলাংবম কিশোরচান্দ, খুরাই লম্লোং বাজার

মমল : ১২০/- (লাইব্রেরী এডিসন)

# তশুবা খুৎনমসিদা

উপন্যাস অসি ঐগী পুন্সিদা ইহান হাগ্রা ইজখিবনি ১৯৬৬ তা। অহান ফোঙদোকখিবনা জুলাই ১৯৬৭ তনি। চহীদুগী দিসেম্বর থাদা অহানবা খুৎনমগা কোপীশিং লোইখি। অনীশুবা খুৎনমনা কংলা বুক হাউসনা ১৯৭২ দা পুথোকপীখি। মদুগী মতুংদা ড্রামাতাইজ তৌদুনা থিয়েটরদা শান্নখিবা প্লে ফোর্ম অদু ১৯৮১ দা লাইরিক ওইনা পুথোকখি। মতম শাংনা লাইরিকসিগী কোপী খুদিংমক ফংদদুনা লৈরকপদগী হন্দক ঐগী ইনাও সুধীর নাওরোইবমগী মপুং ফাবা মতেংগা লোয়নননা অনৌবা আশা অমা পীরকপদগী উপন্যাস অসিগী অহুমশুবা খুৎনমসি পুথোকচবনি। ২০শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা শরুকসিদা মণিপুরী সাহিত্যনা মপূম মরৈ ফানা শাৎকায়রকলবা, লোনসিনা ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চনখিবগী হরাও তয়ামবা ফোঙদোকচবগা লোয়নননা খুইরুরবা থায়নগী লৈরাং অমনবী অমতং অমুক হন্না নৌনা লৈশাং তমহনজবনি। হৌগংলকলিবা শুসিগী সাহিত্য প্রেমী নহারোল খাইগী মফমদা অমুক নৌহৌনা লাপ্লোকচবনি। অনৌবা ফেসন স্টাইল টেক্নিকনা য়োমলবা টিভিগী স্ক্রনদা থায়নগী আর্ট একটিং অমনবা ফিল্মগী ঈশৈ অমতং ফাওরকপশুম শুসিগী সাহিত্য প্রেমীশিংদা ওম্লোকনা মরিং মরাংবা ওইনা থোকলম্বসু য়াই। অদুম ওইনমক ঐগী অমতা শায়বা আশাদি মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা চনগ্রবা লাইরিকশিং মরাং কায়না মতম খুদিং ফংহনবা হায়বসিনি।

ওইনাম বাজার  
তাং ১৭/৯/৯৪

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

অহানবা শরুক

# ঈহৌ

চেন্থরক্লবদা ঈচেন্না
থেংনগনি অমুক্তি শোয়দনা
ঈথক ঈরৈ অকনবা
যৌবনগী ঈতিনফম খঙদবা।

শীঙ্গেল ওইবী কনাগী থোইচৎ-বাংচৎনবী রাহৈ কামজাও—য়াকা ঙাইদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি পুন্সি মংলেন চৃপতুনা পুক্লীং ঈহৌ ফাথরগা রাংলেন মীৎকুপ অমত্তং খাঙদুনা পুন্সি লেল্লগে খল্লবা থম্মোয়সে, মথোৎ কারকপা যৌবন পুন্সি ওইবনরা, খক ময়াদে।

মায়থোঙ খেঙুম লাংশিনবমথৈ য়াক্লবা কোরৌ মশেক্তা য়াম্ফক য়াতাহৌরবা তিংথৌসু কুবী হৈবা নোংমদোল লিক্লানা মালেম খোঙদোয় তনহুন হুন, লুরুক্লবা মায়থোঙনা হরাও মীনোক মীতল্লকই। অদুবু ঈথক

ঈপোম কল্লবা যৌবনগী থোয়চৎ-ৱাংচৎনরবা লাকাদি মাগী কালনা ঈখম্রগ্রবদা অমুক হরাও খেদোইনা পেল্লা খোইরুম মোমোঠ্রৌ হায়বদি খক ময়াৱোইকো।

খন্থরক্রবদা যৌবন ৱাখলনা –

মথোৎ কারক্রবী শীঞ্জেল ওইবী কনাগী শাথেক অহুম্না লৈতেংলবী হকচাং কয়াৎশিংগী শক্তম থওইমক্তা ঐগী মীৎয়েংমাঙদা চিংশিল্লক্লে। অহানবা শক্তমনা খ্বাইদগী থী; মরমদি মহাক্তি শরূগী পোল্লাং ঙাক্লি। অনীশুবা শক্তমগীদমক্তা মীশুম খূদীংনা মিতাজরি মরমদি মাদি প্রকৃতিগী তাঙলবা খুৎশেন্নি, শেমদোকপা য়াদ্রৱা। মাগী লৈতেংনা অহুমশুবা শক্তমদা মমি শামি উৎলি। অহুমশুবা শক্তন্না সনাগী মথক্তা থিল্লিবা তম্ফাশুম্বনি। মমল ইয়াও য়াওদনা অনীশুবা শক্তমবু মমল কাওখৎহনবনি। অমরোমদা চৎনবী সমাজগী লৈতেংনি, মায় ঙাকপনি হায়রবসু য়াই। ৱাশি হাপ্পীরিবা তম্ফাদো লৌথোক্রবদি মনুংগী উঙমদ্রবা মমল য়াম্নবা শক্তমদু উবা ফংলগনি। অওইবমকসু যৌবনগী আশাদি মসিতবু ঙাইবনি হায়বা য়াই। ঐনা মসি হায়জবদা করি লানফম থোকপগে? – খক লাল্লোই।

তাইবংগী কল্লবা লানফমদা মায়োক য়ারুবগী চোকথরবা হকচাংনা ফমুংথক্তা কোরৌ শিংবুম কয়ানি য়াম্ফক-য়াতাদুনা খাঙজরক্লবা কনাসু ৱাংলেন মীৎকূপ অমতং মমল য়াম্নবী অদুশুম্বা কনাগী অশেংবা শক্তম উরুবদা শিরুরবা দিহেনা আশাগী পাঙ্গল থরদং লাকচদুনা চোকথরবা মায়থোঙদুদা মীৎকূপ অমতংগী হরাও মীনোক মীতম্নকই। অসিশুম্বা যৌবন ৱাখলসে মথোৎ কারকপা কনাগী থম্মোয়দা লাংতক্লনা ঙাইরোইদগে?

পুন্সি বসন্তসে চঙলকপদা মহৌশানা মথোৎ কারকপা শাবী শানৌশিংগী পুক্লীংদা মওন-মওন খনবা হায়বা অসে হৌনশা ওইরমল্লে। ঐঙোন্দসু লৈরিবা

পূন্নমক পুথোক্লুনা খল্লিঃ তুংগী ওইরক্কদবা ঐগী ফিভম, য়ুম্বান কৈবানগী মওং, লাইরিক-লাইশুগী অদুদগী ইরোই লোইবদা যৌবনগী য়ক লাউবা ৱাখল . . .।

নুতি খুদিং ঐগী তৌগদবা ইথৌ পূন্নমক লৌইরদুনা তুমগে হায়না ফমুংদা চণ্ডদুনা ঈপ্পদা তত্তনা খল্লি – "ঐসু মতম অমদদি শোয়দনা কনাগুম্বী অমগী মপু ওইরখিনি।" অদুগুম্বা মতুংদা লাক্কদবা ৱাখলদু হৌজিক্কা পুশিল্লক্লুনা খম্থরুই। খম্থরুবদা নিংদোলসে পীং-পীং চোংলকই। "কয়াম ৱাংলমখিগনি অদুগুম্বা মতমদো" ইতোমতা তত্তনা হংজৈ। অমুকসু মহূ চাউরবা যৌবন ৱাখলগী ঈথক ঈপোমনা চেৎনা লুনা থমজরবী কনাগী হিরা মণি-মুক্তা হূরানগে তান্নরুরি লোন্না-লোন্না। মীখা পোন্দ্রবা আশাগী হিনাউনা পুন্সি যৌবন ঈথক ঈয়ায়দা নোক্কা-খেনা জগোই শারি। খুদোংথীবা য়াওদনা ঐগীদমক্তা খাক্লুনা থম্নবী কনাগী চেৎনা লুনা থমজরবী নুংশি ঈপাক্তা ওন-থোইনা তাউদুনা শান্নরুরি। . . . কয়াদা নিংথিরবী মহাক্কো! . . . অয়ুক্কী শাজিক্লুম নিংথিজৈ . . . ওল্লাংথাগী পারবা নোংলিক্লুম পাম্মুজে . . . খোইরাদগী তারকপা খোইহীমুক খোইথুমই . . .!

অসুন্না ভাবনা শাবা ৱাখলতনা পুন্সি লেল্লম্বা ঐগী পুন্সিদা ৱারী, লাইরিক, ইতিহাস, নোভেল কয়া পারুরগা ঐগী পুন্সিসু মখোয়গুম নুংঙাইবা পুন্সি লেনগদ্রা নৎত্রগা অৱাবা পুন্সি অদুগুম ঐসু ৱানা লেনগদ্রা হায়না ইতোমতা তত্তনা ৱাখলদা ঈরাক্করি। হংলি ঐনা ইতোমতা তত্তনা – " কনানো ঐগী পুন্সি খোঙচত্তা তুংইনবীগদৌরিবী অদুদি! ফনা মকুইরে ঐগী পুন্সি ড্রামা হৌরক্লিবসিসু।"

অসুন্না যৌবনগী কল্লবা ঈথক ঈরৈ অদুবু ঐনা কয়াদা পান্না ঙাইজখিবা . . . ঙাইঙমদনা ঐনা ঐগী পুন্সিগী নায়িকা কোয়না থিবা চৎচরুবা . . .

কনাদসু ঐনা ঐগী নায়িকা ওইবীয়ু হায়জরুদে! পুক্নীংনা খোয়দারুদদুনবু মতৌব্রা . . . মাগী মতম ৱাৎতুনবু মতৌব্রা খঙবা ঙমখিদে। মতমদুগী পুন্সিদা ঐনা ঐগী পুন্সিগী মশানা পীজরক্রুবা ঈশ্বরনা হান্ননা শেন্নবা ঐগী পুন্সি ড্রামাগী প্লোট অদুবু ঙাইঙমখিদে।

ৱার্ডসৱার্থনা খল্লুবা তৌদনা মখোঙনা পুবা মায়কৈদা কোয়না প্রকৃতিগী ফজবা, নীংথিজবা দৃশ্যবু য়েংবা চৎপগুম, ঐসু নীংউবা তৌদনা মফম খুদীংদা কোয়নীংবগী আশাতনা ঐগী থম্মোয় অসে জয় তৌখ্রমান্নে।

# ঐগী থম্মোয়না মিতারুরিবী শকখঙদবী মহাক্তুবু কনানো?

পরীক্ষা লোইরকপদা, মতম লেনবা ওইনা ঐগী মামগী  য়ুমদা চৎলুগে হায়না চৎলুই। মামগী য়ুমদি লিলোংদনি। মফম অদুদা মহাক্কী ইমুং মনুংগী ফিভম খরা শেন্না য়াত্রা য়েংগে হায়দুনা সহরদগী হোংখিবনি হায়নৈ।

ঐ ইমানা পোকপদগী মামগী য়ুমদুদা অমুক্তা চৎলুদ্রি। ইনক নক্লা য়ান্না তান্নরুই। পরীক্ষা লোইরকপা অসিদা মামনা নহালব্রাই কোয়থোরকউ হায়রম্বদগী কোয়থোক্লুবনি। লিল্লোংদা নুমীৎ খরনি কৈরবা মতুংদা নোংমা ঐ হকচিক লাংবা ওইনা মপান্দা অসুম কোয়থোক্লুই। পুখ্রী অচৈবা অমগী মপান্দা ফমদুনা প্রকৃতিগী নিংথিরবা দৃশ্যশিংদু মীৎকৃপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈরি। কয়াদা ফজশ্রবা দৃশ্যনো! অমুকসু উরি - খুৎশেমগী দৃশ্য কয়া, প্রকৃতিগী মশানা শেমজরবা দৃশ্যশিংদুবু মীওইবনা অমুক মখোয়গী কান্নবা শেমদোক্রি। হৌজিক্কী খুঙ্গং অয়াম্বা প্রকৃতিগী মহৈশাগী খুৎশেম্বু অমুক নৌহৌনা শেমদোক্ররে। লমহাং-তুহাং, নারক-মোংশোং কয়াবু শান্নবুং পুখ্রী শেন্নরি।

অদুগুম্বা খুৎশেমগী পুখ্রীশিংদুগী অমগী মনাক্তা ঐ ফম্নি। অসুম য়েংখিবদা উরে – খুঙ্গং অসিগী মনুংদা তোপ-তোপ্পা ফজরবা চাউরবা লংলবা য়ুম অমা। অদুগুম্বা য়ুম অদুগী মনীংদা হৈ-লৈতগী কুঞ্জবন অমা। অসুম

য়েংশিনখিবদা লৈকোনগী মবেম্মা অমসু লৈরাংদুনা শান্নরি। ঐ মীৎ কৃপ্তবা মখৈ য়েংলি – মহাক অসিবু লৈকোনগী রাণীরা? হৈরাং-লৈরাং মরক্তগী উখিবী নুজা অদুগী মায়থোঙ কয়াদা নীংথিজরিবা! থাঙ্গৈশেংনমক ইথম্মোয়সিনা মাতবু য়েংদুনা লৈনীংখি। অদুবু ঙহাক লৈরগা নুপীমচা অমনা কৌশিন্দুনা চঙখ্রে। ফনা নীংথিজে নুজাদুগী মায়থোঙদু, ফনা থাপ্না উখিবনি। ঐতনা পঙখন খল্লুরা – মহাক অদুবু ঐনা অমুক্তংগা উনীংখি। কনাগী মতেং লৌদুনা করম্না মাগা উন্নগনি? ঙহাক্তং চমস্রনা লু-লুকথদুনা রাখল খল্লিঙৈ, কোরৌ মাদি ময়ুম চঙখিদৌরে। "ওঃ থেঙলমাল্লে!" হায়না ঐ হৈগৎকে থৌরাংলম্মী, কনানো ঐগী মাঙদা নুপীমচা অমা লেপ্লদুনা লৈরম্রে। ঐগী মীৎয়েং মাগী মফমদা তিনখি। মহাকা ঐগা মীৎচান্নখি। ঐহাক খুৎতগী পোৎ তাখিবা খঙহৌদে। নীংথিরবী নুজা অদুসু য়েংলম্বদগী লুকথখরে। হন্না য়েংথোক্লুবদা নুপীমচা অমসু য়াওরম্রি।

ঐহাক কয়াদা পাঙখিদ্রবা! মীগা মায়য়োক্লবদা মায় ঙাঙই। থোইদোক্লা ইশুং-ইমান্নবী লৈশাবী অমগী মফমদদি করি অমুক হায়রুগনি! মীৎকৃপ অমা ফাওবা মীৎচান্ননা য়েংলুবা ঙমখিদে।

ঐনা খঙলে, মহাক ঙসাইগী লৈকোন্দুগী নুজাদুনি। ঈশিং শোকপা লাকপনি। ঐনা ফিজেৎতু উবদগী মসিমসু খঙলে, মহাক মুসলিম নিঙোলনি। অদুবু মহাক্কী নিংথিরবী ফিভম-মূর্তি, শক-চু অমদি নুংশিরবা মায়থোঙদুনা মাবু জাৎ তিন্নদ্রবীনি হায়বা ইশা ইতোমতনা কাউথোক্লুই। অদুবু মুন্না খম্নরুরগা মঙোন্দা রা অমতসু হংনীংলুদে। মরমদি সমাজগী মীনোক চঙলক্কনি। – খল্লিঙৈদা মহাক্তি ঈশিং শোকপা কারক্লগা চংখ্রে।

ওস্লোকপনি! . . . ঐগী ব্বখলদি? . . . নীংত্রব্বা ঐগী থম্মোয়বু সমাজগী মীনোক্তবু কিজবনা ঙসি বন্দি ওইহল্লি। কয়াদা পীকখ্রবা থম্মোয়নো! মঙোন্দা ব্বা অমতসু হংহৌদে . . .! কয়াদা নীংঙমহৌদ্রবা মাগী চৎলমদাইগী মীৎয়েংনো -!

অহীং মমৈ ওইরক্লে। ঐদি তূমথবা য়াদ্রি হৌজিকফাও। মী পুন্নমক নিদ্রা লাইরেম্বীনা নাওশুম্বীখ্রে অদুবু ঐবুদি চিশ্বীরম্লে। ঐ তূমথবা য়াদনা শুরু-শুরু নৈদুনা খাঙলি। কনাগী মীখা পোন্দ্রবা থম্মোয় মাদি নীং-খা তন্না চেন-চোংলি। হৌজিক ফাওবা তূমথগে হায়দ্রি। ওইথোক্লরোইদ্রবা ব্বাখল কয়ানা ঐবু মীৎকপ কায়হল্লি। অহীং মীৎশেং খাঙহল্লি। ওস্লোকপনি থম্মোয়! নঙনা শকখঙনদ্রিবী, জাৎ তিন্নদ্রবী, মপুকচেল খঙদ্রিবী মাগীদমক অসুক খলহনবা করিগীনো? নঙনা ঐবু মাগী নুংশি সাগরদা ঈরাক্লহনবীরগে থৌরাংলিব্রা?

– হে নিদ্রা! ঐবু অমুক্তদি তূমথহনবীয়ু কৈদৌবগে! চমন্নরবা থম্মোয়সে ঙহাক্তুংদদি পোত্থাহনবীয়ুগবা! ঐ য়াম্না ব্বারে। নঙনা ঙমদুনা ঐবু পোত্থাহল্লোইদৌরিব্রা?

ও! চিংথরি ঐবু হন্ন-হন্না মাগী নুংশি ঈচেন্দা
তত্তনা ওৎলরি ঐগী থম্মোয় লাকা-নুংদা
কাউগে খল্লুবা শকখঙদবী মাগী মূর্ত্তিনা
লেপ্পরি হৌজিকসু ঐগী মাঙসিদা
য়েংলরি ঐঙোন্দা মু-না - মানা
চমন্নহল্লি ঐগী ব্বাখলবু হন্ন-হন্না মানা
ও . . .! থম্মোয়' লমলানবী করি ব্বাখলনো
ঐগী থম্মোয়বু পোত্থাহনদ্রিবী নঙবু কনানো?

অশেংবা নুংশিবা হায়বা পোৎশক অদুনা মী অদুগী থম্মোয়দা চঙত্রবদি মী অদুনা ফনা জ্ঞান লৈবা ওইদুনসু, নুংশিবা হায়বা পোৎশক অদুনা পুনীংবা মফমদা পুদুনা চৎলি।

অদুগুম্না ঐসু ঙসি শকখঙদবী মাগী নুংশি রাখলতনা মীনা হায়বা ঙাঙবা তাদনা লেন্নকপনা ঙরাংগী মতমদু য়ৌশিন্নক্লে। য়েংলয়োই শন্নুবা মহাক অদুতবু য়েংনীংবনা ঐহাক অসি জ্ঞান য়াওদ্রবা, রাখল চেইরবা মী অমগুম মচী-মচীদা চপ-চপ লেপ্পা হৌরক্লে।

ঙসিসু দৃশ্য য়েংবা চৎলে – পুখ্রী মপান্দা। ঙসিগীদমক্তি ঐবু প্রকৃতিনা চান্দ্রমাল্লে, দৃশ্য য়েংবতনা মতম লেনবা ঙমশিন্নক্তে। কন্নবা থম্মোয়না নোংলৈগুম হুমদুনা ঐগী মীৎয়েংবু তত্তনা মাগী মায়কৈদা পুশিল্লি। মতম অসে ফনা থেঙজিন্নক্লে। অদুবু মহাক লাকত্রে। ঈশ্বরনা ঐগী অমাংবা থম্মোয়বু উরদুনা মতৌরব্রা?

ঙহাক লৈরগা উরে – লাপুক্লা নুপীমচা খরা লাক্লি। অমদি শোয়দনা ঙরাংগী মুসলিম নিঙোলদুনি। মহাক্কী হকচাংদা ঙসিনা তোপ-তোপ্পা গুণ অমা চেনবগুম উরি। মহাক্কী ফিজেৎ লৈতেং খিবিক্তুনা মঙোন্দা তাংজবগুম উরি। তশেংনমক মহাকসে কয়া ফজত্রবনো ঐঙোন্দদি। লাকমিন্নরিবী নুপীমচা অনীদুনা ঐবু তত্তনা য়েংবগুম তৌই। অদুগা মহাক্তি ঐবু উরগা ইহৈ-হৈনদবগুমই। মরু লুক্লা চৎলি। মদুনা অমুক্তা হেন্না ঐগী থম্মোয়বু খাঙফম খঙহন্দ্রি। য়েংনা-য়েংনা মখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরদুনা মহাক্তি চঙখ্রে। ইতোমতমক ঙায়হৌরে হাঙলবা লমহাঙদুদা। নুমীৎ তাশিল্লক্রদুনা ঐ য়ূমদা হল্লক্লে। চৎনা চৎনা খল্লি – পাঙদ্রবা ঐগী থম্মোয়না খঞ্জবগুম, নিংথিরবী মাগী থম্মোয়দা ঐগী প্রেমগী মূর্ত্তি মচেৎ অমা ফাওবা মমি তারম্নরোইদ্রা?

# তৎতনা চিংথরি ঐবু মাগী নুংশি সাগরদা

কল্লিদকো ঈচেল-ও

নঙগী মপাল নাইদ্রবা

অকনবা শাফ্না য়েবদা

থম্মোয় তোর্ব্বানদি খাগুমদ্রে।।

ঈচেলনা লেপ্তুনা চেস্থরক্লবদি মাগীসু ঈতিনফম অমদি শোয়দনা মরৈ। ঈতিনফম মফম খঙদ্রবা ঐগী শকখঙদ্রবীগী নুংশি ঈচেল অসিনা মাগী ঈতিনফম তত্তনা থিরি।

ঙসিদি নিংথিরবী মহাকসু মখূৎতা সনাবুল পায়দুনা পুথ্রীদগী লাইজা থম্রা শোক্লগা কাখৎলক্লে। লৈজবা থৌনা পূন্নমক পুথোক্লুনা ঙসিদি করিগুম্বা খরদং শকখঙদবী মাগী মফমদগী নিহৌগে হায়দুনা ইকায়-ইকি পূন্নমক হুম্মোক্লুনা হৌগৎলে। অদুগা হায়রুই – "ঈশিং শোক্লিবী, শক খঙনদ্রবসু নঙোন্দগী লাইজা খুজোক অমতংদদি নিজহৌগে, মদু থকচরগা ঐগী থম্মোয়গী অরাম খৌরাংবসে কোকপা ওইজগে, পীনবীরোইদ্রা?" অসি হায়বগা লোয়ননা ঐনা খূরু খূদক কৃম্থদুনা মঙোন্দগী ঈশিং নিরি।

ঈশিং শোক্লিবীদুনা খুম্নকই – "ঐনা শোকচরিবা লাইজসিদি য়ামজদে খজিক্তনি, থম্মোয় পেনবদি য়াররোই, পাক্নবা ঈপাক্তা কুমদুনা মফমদুদা থম্মোয় পেন্না থকপীরুবনা ফগদ্রা? অমরোমদা অমুক ঐগী লাইজা অসিদি . . . মরমদি ঐ মুসলিম নিঙোলনি . . .। সমাজনা খঙত্র-উত্রগা থৌরাংলবা থম্মোয় মাগী মৈচাক কোক্লবগীদমক তূংদা অকায়বা চামা লাক্লোইদ্রা?"

"ঈশিং শোক্লিবী ইবেম্মা! নহাক্না নশাবু লান্না লৌরে। লাইজা ঈশিংদি মাংবা লৈতেদো! পাৎ-কোমদগী শোক্লকপা লাইজতসু ঈশ্বরগী মফমদা অশেংবা ওইনা কৎনরি। অমকপা অমতা লৈজদ্রবী নফমদগী ঈশিং খুজোক অমা থকপদি করি কায়বা লৈবগেনে। মদুমতং থকচহৌরগা ঈথৌ লাংলবা থম্মোয়গী অপেনবা হায়বদু ওইজহৌরগে।"

ঈশিং শোক্লিবী অদুনা মহী চেল্লবা নুংশি মীনোক অমগা লোয়ননা হায়রকই – "অদুদি সে . . . থৌরাংলবা থম্মোয়দো পেন্নবা থকপীরো।" অসি হায়রগা সনাবুলদগী ঈশিং অরেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লে। ঐগী থম্মোয় মপান নাইদনা পেনখ্রে। ঈশিং থকপা লোইরক্লবদা মানা হংলকই – "পেনবীরব্রা?"

ঐনসু নোক্তনা খুমখি – "উম।"

মহাক মোমোন নোক্লম্রগা চৎকে তৌরক্লে।

ঐনা অমুকসু হায়খি – "ঈশিং শোক্লিবী, পীনহৈরবী. . . ব্রা অমতংগা হংজহৌগে।"

মহাক চৎলম্বদগী চপ লেপ্লদুনা খুম্নকই – "করি অমুক. . .?"

ঐনা হংখি - "হয়েংসু লাকপীগদ্রা ঈশিং শোকপা?"

ঈশিং শোক্লিবীদু করিসু খুল্লমদে। ঐবু য়েংলগা মঙক নোম্রকখি। মষ্টী চেল্লবা নুংশি মীনোক অমনা মাগী মায়থোঙদা লৈতেংখি। তপ্পা-তপ্পা সনাবুল খ্বাংদা য়েপ্লদুনা চৎখি। ময়ুম য়ৌখ্রে। ঐ মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈহৌই।

মাগী যদুগুল্লা গুরুবা নুংশি মীনোক্লা ঐগী ৱারম্রবা থম্মোয়বু ঙহাক্তংদি পোখাহনবগুম তৌখি। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তদি নিংঙমদ্রবা থম্মোয়দা তত্তনা খম্বুবা হৌরক্লে – "ঐদি মুসলিম নিঙোলনি . . . সমাজনা খঙত্র-উখ্রগা খৌরাং-লবা থম্মোয় মাগী মৈচাক কোক্লবগীদমক তুংদা অকায়বা চামা লাক্লোইদ্রা?"

খন্ন-খন্না য়ুম য়ৌরক্লে। ঐ গুসি নিনী-হুন্নীসি মাগী ৱাখলদা লুপ্পুনা চারম-থক্লম অমতসু খঙশিল্লকত্রে। মাগী নুংশি ৱাখলতনা ঐগী পুক্লীং হকচাং অপূম্বা লোইনা ফুম্বংনখ্রে। ঐগী ইতৌ অসি উবদা ইনে অমসুং মামগী থম্মোয়দা চিংনবা পোক্লমাল্লে। নোংমদি ইনেনা ঐঙোন্দা হংলকই - "নুপামচা! নহাকপু গুসি নিনী হুন্নীসি নশাদু কয়া গুমদব্রা? মাইবা ডাক্তর কৌদুনা য়েংহৌসিরা?"

ঐ করি তৌখ্রে? ঐ নোক্লীংবা পোকখি খল্লুবদা! ঐগী পুক্লীংগী ফিভম অসে মপানথোঙদসু উখ্রমাল্লে হায়না চিংনখি। ঐনা খুমখি - " ঐবু করি তৌরবগে ইনে! . . . ঐ করিসু তৌদেদা!"

"ফরে-ফরে অদুবু ওইরবদি"। ইনেখোয়সু তুমিন লৈখ্রে।

অসিগুম্বা মতমসিদি ইতোমতা চীক্লা লৈজবনা পেগ্লে। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মফম, অহীং তাংলৌ অথেঙবদা চীক্লা নাইতোম তানা নুমীৎচুপ্পা মাতগী ৱাখলদা তাওদুনা লেঞ্জনীংই। করম তৌরগা মাগী মফমদা অনীংবসি ফোঙদোক্লনি? করম্রবু ফোঙলগা মাগী থৌজাল ফংগনি হায়বগী

রাখলতনা ঐগী থম্মোয়দা অতোপ্পা লমফাংগী মমি তাবা শুম্মিদরে।

ওম্ভোকপনি পুন্সি। মাবু নুংশিরুবগী নুংশি তিলনা ঐগী থম্মোয়গী মনুং-মনুংদা লোন্ন-লোন্না চীকপা হৈরক্কে। অমুক্তসু থেংনদ্রি ঐগী পুন্সিদা অসিগুম্বা পোৎলুম। নীংজরিবা মাগী মফমদা ঐগী থম্মোয়নুংগী আশা কল্পসে অমুক্তং মপুং ফানা ফোঙদোকপা ফংজরবদি অরাবসে খরদংদা ওইরবসু ময়েং তারমগনি। অদুবু হে পাঙদবা! নঙগী ফোঙদোক্নবা পাঙ্গলদুদি কদায়দা থমগ্রবা ?

হে নুংশি ঈচেল! নঙসিসু ওম্ভোকপা মায়ানি। নঙগী মতম্না য়ৌরক্রবদা নঙনা মী অদুবু অতোপ্পা সংসার অমদা পুশিনবগুম মী অদুনা মনীং তৌজবা গুমজদে। অমরোমদা ঐগী যৌবনগী নুংশি ঈচেন্না চেস্থরিবা ঈপাক অদুদি ঐগী জাৎকী ঈতিনফম নত্তে! ঈপাক অদুদা ঈতিনলুরগা করি ওইরক্কদগে খনবদা থম্মোয়সে তনিক-তনিকই। অদুবু থিংঙমদ্রবা নুংশি ঈচেল মহাক্তি মঙোন্দতা তন্না চেস্থরি। মহাক্কী সমাজগী মীনোকপুসু কিদমাল্লে। মহাক্কী রাখলদি অমতগুম ওইরমাল্লে। মুসলিম নিঙোলবু নুংশিরুবদো অদুগুম্না ঐগী জাৎকী নিঙোল অমতদসু মহাক্না আশা তৌরুদে। তত্তনা খলহল্লে থম্মোয়দা মহাক্তুবু . . . ঐগী থম্মোয়দি মুসলিম নিঙোলদুদা কৎথোক্রবা শেম্ম্রক্রবনি। অমুকসু মচেৎ থোক্না চিংখায়রবা থম্মোয় অসিদা অকনবা থৌরী চিংনরি। মসাজদগী নুংশিবনা হেন্না কন্না চিংশিল্লি। থম্মোয়না নুংশিরুরবদা সমাজগী মীনোকপু কিরুবসু লৈত্রে। সমাজ অসিনা নোক্না চাউবগী তমথীরবা মরৈ লীশিং তমথোক্তুনা য়োংকে হায়না হোৎনরবসু নুংশিবা মাগী মফমদদি নুংশিবনা হেনখিবনা থরায় ফাওবা থাবা ঙন্নরি। অসিগুম্বা কল্লবা নুংশিবগী মায়া ঈপাক্তা ঐবুসু ঙসি খুৎ পায়দুনা চিংথরি।

# মহাক্কী মমিং মেহরু

মথংগী নুমীৎতা অমুকসু ফম্নি অচীকপদা। মহাক্তবু উনীংবনা খৌরাংলবা থম্মোয়সে পোত্থাফম খঙহন্দ্রি। ঙহাক মাগী মায়কৈরোমদা য়েংলম্নগা ঐহাক নাপীরক্তা হীপ্লি। খুদক অসিমক্তদা নুপীমচা চহী ১৩/১৪ রোম শুরবী খুৎপু অমনা ঐগী ইনাক্তা তুমিন্না চঙলরুগা ঐবু খংহল্লরে। ঐনা হন্না য়েংথোকখিবদা মখোয় ময়াম্না রা লাউনা নোকপা হৌরক্রে। মচীন কনবী নুপীমচা অমনা ঐঙোন্দা হংলকই –

"নঙনা কন্না ঙাইজরিবী ইচে মেহরুদি লাক্লরোই। রাননবনি নয়ুমদা হল্লো . . . মঙোন্দা করি রা হায়নীংই. . . হা?"

" . . . নঙনা কন্না ঙাইজরিবী ইচে. . .।" উম! মমিং 'মেহরু' কৌবা . . . মহাক লাক্লরোই হায়বা . . . খল্লিঙৈদা;

"হাইমা, নাপঙবা। মীনা রা হংলগা খুমসু খুমদবা!"

"নুপীমচা, নঙগী নচেগী মমিংলা – মেহরু ?"

"হোয়নে, মাদি লাক্লরোই, ঙাইরুরনু হায়বা।"

"কদায়দা চৎখ্রে?"

"খঙদে।"

ঙহাক লৈরগা মানা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা অতে নুপীমচাশিংদু লোইনা চৎখ্রে। মতোমতা ঙায়রবদা ঐনা হংখি –

"পুকচেল ফরবী ইচল, নঙগী নমিংনা করি কৌবগে?"

"ঐগী মিংবো . . . আ . . . নর্মিম বানু!"

"নর্মিম বানু . . . য়াম্না ফজেবো নঙসে। নঙবু মেহরুগী মনাওরা?"

"নত্তে, ঐগী চাচাগী মচানি মাগা ঐখোয়গা য়ুম্নৌন্নেয়ে।"

"অদুদি নুপীমচা বানু, নঙোন্দা কনানা ৱাফমদু হৌদোরকই?"

"কনানবু হায়বীগদগে ঐঙোন্দা! ঐ লোইনা খঙইনা নখোয়না তৌবদো। নবান্নিগী মরৌ লৈনবা মীৎয়েং . . . পুখ্রী মপানগী ৱারী . . . ঐ লোইনা উই . . .!"

"ফরে বানু, নঙগী নচে ঙসিদি ঈশিং শোকপা লাক্লরোই হায়না নঙোন্দা হায়রকপ্রা?"

"ইঃ কদায়দগী হায়বীগদগে! . . . চাচাদা তমথোকখিনি হায়দুনা ঐঙোন্দা নোংমফাও অরোনবা ৱা অমতসু হায়দোক্কে . . . ।"

"অদুদি নঙ কমদৌনা খঙই –?"

"অদুবুরাও . . . মাদি মশা ঙমদে হায়দুন হীপতুনা লৈহৌই . . .। নবানিগী মতৌ অসি খঙলদুনা ঐনা নঙগী মতম মাঙদনবা হায়দুনা নঙোন্দা তাকপীরবনি।"

অদুগা করিমতা হঙ্গোইবা লৈতনা মানা ঐঙোন্দা হংলকই – "নঙগী নমিংদি করি কৌই? কদায়দগীনো? নঙবু মৈতৈ নৎত্রা? . . . ঐগীদি নঙোন্দা তাকথোকখ্রে, নঙগীসু তাকথোক্লমউ ঐঙোন্দা।"

ঐনা নোকুনা খুমখি – "বানু, নঙনা অদুক খঙনীংনা হংলগা ঐনা করিগী তাক্লোইদগে। ঐগী ইমিং দিনেশ্বর, ইম্ফালদগীনি। মাল্লি ঐ মৈতৈনি।"

"অদুদি নঙদি মৈতৈনি। ইচেদি মুসলিমনি। চাচানা মাবু য়াম্না লুনা তৌই। মতোমতা পোকপনি। . . . মহাকপু মতীক চাবা বরদা নীংথীনা লুহোংলবা মতুংদা মাগী ময়ুমদা থমগনি হায়। নঙবু মদু ঙমগদ্রা?"

"বানু, মদুনা মতুংদা লাক্‌দবা থবক্নি। নঙনা ঐবু নুংশিবীরবদি নচেগা ঐগা অমুক্তং উনহনবা ঙমগদ্রা?"

"ইস! করম্না হায়রুগনি? নঙনা উননীংই হায়য়ুরা?"

"নত্তে বানু! অদুম্না হায়রুরবদি কদায়দগী য়াগদগেনে!"

"অদুদি করম্না হায়গনি?"

"খঙদে, নঙনা থোকপা।"

"মফমদি? . . . মহাক্কী হৌজিকসু নারিবনি . . .থাপ্না চৎপসু ঙম্রোই।"

"খঙদে, ঐগীদি নঙনা ফনবা তৌ। ঐগা নচেগা অমুক্তং উনহন্নবা শিন্নু।"

নুপীমচা ঙহাক খম্থরবা তুংদা হায়রকই – "ফরে অদুদি ঐ য়ুমদা চঙলুখিগে, নুমীৎসু তাগদবা য়াম্না ৱাৎলি। নহাক ফমদুনা লৈরমখো, ঐ অমুক থোক্লক্কে।" অসি হায়রম্নগা মহাক চঙখ্রে।

অঙকপনি হে ঈশ্বর! ৱারম্নবা থম্মোয়সে নুপী মচা বানুনা খরগীমখৈদি ময়েং তাহল্লম্রে।

ঙহাক লৈরগা নুপী মচাদু থোরক্লে।

ঐনা ঙাইঙমদনা হংখি – "করম তৌবা তারে বানু?"

"ঐ করি খুন্নি? ঐ হায়ফম খঙদে। ঐখোয় ইচেলি য়াম্না কন্না ঙমদ্রমান্নে, চাচানা ডাক্তর কৌরক্লুনা লায়েংহৌরি!"

"ও! অদুদি . . .।" ঐ তৌফম খঙখিদে। মখা তাখি – "করি লায়নানো বানু?"

"খঙদে, ডাক্তরনা হায়ববু রাখল নুংঙাইতবদগী নারিবনি হায়য়ে।"

"ডাক্তর চৎখ্রব্রা?"

"চৎখিদ্রি।"

"কদায়দগীনো খঙব্রা বানু?"

"ইম্ফালদগীনি হায়, চাচানা কৌরুবা ওইরমান্নে।"

রাখলনা কুইনা শাগৎচরকপা আশাগী ফুরা নিংখায়বা হৌরকখি। ঐ ডাক্তরদুবু অমুক্তং উনহৌসিরা খনখি। অদুনা নুপীমচা, বানুদা – " মতুংদা অমুক উনসি" হায়রম্রগা ঐ প্রপ-প্রপ লাক্লে।

খরদং চৎলগা ঐনা উরে, নুপা অনীখক রারী শানদুনা থোরকপা। অমনা নুপীমচাগী চাচানি, অমনা ডাক্তরনি। মাগী চাচা খরদং চৎলগা অদুম্মক লৈহৌরে। ঐ ডাক্তরগী মনাক্তা তন্নমক য়ৌরকখি। হৎংলম্মী – "ডাক্তর বাবু . . . রা অমতা হৎংজহৌগে।"

"ও, করি কমদৌবা?" ডাক্তরনা চৎনা চৎনা খুম্লকখি।

"ডাক্তর বাবু, অদোম্না লায়েংবীরম্বা নুপীমচাদুগী মরমদা . . .।"

"ও! মদুগীদমক ওইরবদি থোইদোকপা রানীংঙাই ওইদে। মপানা মতোমতা পোকচবদুদা মকোক্তং চিকপদা পাখৎতুনা কৌরবা জাৎনিদা। তৌবদি ফিবর খরা য়াওই। ঐনা হিদাক থারম্নে, মহাক হৌজিক করি থোইদোকপা তৌরব্লোই।" অসি হায়রম্রগা মহাক চৎখ্রে।

থম্মোয়গী অৱাবা ময়েং খৱদং তাখিবগুম তৌই। হন্না য়েংথোকলুবদা পুখ্রী মপান্দা বানূসু লৈৱমদ্রে। নুমীৎসু চীংয়া পকশিন্নক্লে। কনাসু অমুক হন্না থোক্লক্তরে। ওস্তেকপনি! কৱিসু থোক্লরুদ্রিবী শকখণ্ডদবী মহাক্কী অৱাবদা শৱুক য়াৱুৱিবা ইতোমতগী থম্মোয়বু পুৱদুনা তপ্ন-তপ্না খোঙ থাংলক্লে।

# *লাইগী মন্দিরদগী

ঙসি জানুয়ারীগী তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমীৎনি। নুমীৎ অসিদা মুসলমানশিংগী চহী অসিগী খ্বাইদগী চাউবা উৎসব ইদল-ফেতর থোকই। নুমীৎ অসি রমজান থাগী রোজাগী মথং হেক থংনবা নুমীৎনি। হায়রিবা নুমীৎ অসি লিপ্লোংগীসু নুংঙাইরবা নুমীৎ অমনি। মরমদি লিপ্লোং খুলদি মুসলিম ঙাক্কনি। মৈতৈদি খরতমক তাই। নুমীৎ অসিদা মুসলিম পুম্নমক ধর্ম্মদা পুক্নীং লৃপ্পুনা থবক পুম্নমক লেপ্লগা লৈজবা ফিরোল শেৎ-চাদুনা অল্লাবু নমাজ তৌই। য়েংনীংবা মৈতৈ মচা কয়াশু য়েংনরে। নিংথিরবী নুজাশিংগী চৎনবী ফিজেৎ-লৈতেংনা মহৌশাগী ফজবা শক্তমবু অমুক্কা হেন্না মঙাল তাহল্লি। মোমোন নোকপতনা মখোয়গী মায়থোঙদা ঙানথোইরিবা, য়েংউ! কয়াদা মীৎ থল্লবা! কয়াদ নিংথিজরবা!

মায়কৈ থুংনা য়েংলুরে। অদুবু কদায় মেহরুদি? মহাকপু ঙসি ফাওবা নাবা ফৎত্রিব্রা? ওন্থোক্লা নীংঙমদেদা থম্মোয়সে! . . . খন্নখন্না কোরৌগী

---

* মসি মুসলিমদা চৎনদে, অদুবু হায়বদা হৈনখিবদগী হায়বনি। ময়েকীদি *অল্লাগী মসজিত্তদগী* হায়গদবনি।

মঙালসু মমি শামজিল্লক্রে। ওস্লোকপনি। চহী অমা লোইদুনা অনৌবা কুমওন লাকপগী হৌনশারা, করিনো খঙহৌদে, নোংনা আকাশ অসি মায়কৈ শীন-থুংনা কুপখ্রে। ঙহাক লৈরগা খঙহৌদনা নোং খজিক-খজিক তাবা হৌরক্রে। নুংশিৎ শীৎপা হৌরক্রে। উপাল রাপাল তেকথরকপগী কিরবা মখোলগা লোয়ননা প্রকৃতিগী অখাক অরাওগী খোঞ্জেল। নোংথাঙনা তত্তনা মমীৎ ফাক্লি! অকিবা শক্তম কয়া মীৎমাংদা উহল্লি। মীপূম খুদিংমকপু মীপাইহল্লি। কদায় হৌজিক্তা নুমীৎ তাখিবদা মঙায়রি। অহীং তরেৎ তিন্না মমই হায়বদু মঙায়খ্রে! থীনসু মমখ্রেদা! . . . ঙহাক লৈরগা অকিবগী খোঞ্জেলশিংদুদি অচিকপদা তিনখ্রমাল্লে – তাখিদ্রে। অদুবু মম্বগী চাংদি অসুম-অসুম হেনজিল্লক্রি। খরা চৎলে ঐসু অনীংবা লৈতনা। হরাও কুমমৈগী নিল খোংবসু তাখিদরে। মফম অসে পূমচীক চীকখ্রে। অদুবু ঙহাক লৈরগা ঐগী চাংজৌ নাইদ্রবা থম্মোয়বু থুগায়দুনা অমম্বা মরক্তগী নুপীমচা অমগী "ঐবু কনবীয়ু" হায়বা থম্মোয় শোক্রবা খোঞ্জেলনা মায়কৈ মরি শিন থুংখ্রে। অমুকসু উরে – নুপীমচাদুনা মথায় কল্লবগীদমক্তা ঐঙোন তল্লা চেনশিল্লক্রি। অদুগা ঐগী খোঙদা তুরদুনা হায়রকই – "ঐবু কনবীয়ু . . ." স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লি . . .! মহাক্কী রাহৈসিনা ঐবু থম্মোয় কায়হল্লি। ঐনা হংখি –

"শকখঙদবী নহাকপু কনানো? করি তৌরে অদুক ফিংলিবদি?"

"য়েংউ লাক্লিবা ফৎত্রবশিংসে!"

হন্না য়েংথোক্লুবদা ফিমু শেৎপা নুপা অহুম মরিনা ঐখোয় তল্লা চেনশিল্লক্রি। খুদক অদুমক্তদা ঐনা লাউখি – "হাৎলো! হাৎলো! ইচিল-ইনাওশা, ডাকুশিংদু মফমসিদা লৈরে . . .!"

মখোয় ময়াম চপ লেপ্লগা "মপা লৈরে " হায়রল্লগা হ্লা চেনখি। অমম্ব মরক্তা মফম খণ্ডদনা শ্বায়-শ্বায় মাঙনথ্রে।

ঐনা নুপীমচাদূদা হংখি – "নহাক কনানো, কদায়দা চৎকদবনো?"

"ঐ . . ." মখা তাঙ্মদনা নুপীমচাদূ হীক-হীক কপথ্রে। অদুগা রানা মখা তাথরকই – "ধর্ম্মগী অথোইবা নুমীৎ অসিদা লাইগী মন্দিরদা পূজা কৎকে চৎপনি। লমখাঙদা ডাকুশিংনা ঐবু ফাগদবগী . . .!"

"অদূদি চৎলো, কদায়সনো লাইগী মন্দির –?"

"পুকচেল চাউরবা! নহাক লাইগী মূর্ত্তিরা?"

"নত্তে ইবেম্মা! ঐসু মীনি, মতম অসি থেঙথ্রে, চৎলো লাইগী মন্দিরদা! ঐ থিনবীরল্লগে, করিমতা চিংনরগনু।"

"ঐ লাইগী মন্দিরদা চৎলরোই . . . অল্লানা ঐবু চানবীদ্রে!"

"করিগী নুপীমচা! করিগীদমক্তা অল্লানা চানবীদ্রিবনো? মহাক্তী মতম পূন্নকমক্তা ঐখোয় খুদিংমক্কী ফনবদা শীনবীরিবনি। চৎলো নপূক্লীংদা নুংঙাইতবা তৌরগনু।"

ঐনা অসি হায়রুবদগী নুপীমচাদূ ঐগী মাঙ থাদুনা চৎপা হৌরক্লে। ঙহাক চৎলগা লাইগী মন্দির য়ৌরদুনা মানা মন্দিরদা চঙদুনা থোঙ হাংদোক্লুরে। থাওমৈগী মুৎশি মুৎশিরবা মৈঙান অদুনা মাগী মায়থোঙদা খংয়ে য়েবদা উরে – মহাক মেহরুনি। নুংঙাইবগী পান্দম লৈখিদ্রে। ঐনা খঙহৌদনা কৌরুরে – "মেহরু!"

মহাক্লা ঙক্লা খংয়েং য়েংথোরকই। ঙাঙথোকপা ঙমদ্রবা রাহে খরা মাগী লৈয়েংদা পনখিবগুমই, মমীৎতগী পিগী ঈরা মরি-মরি শিম্লরকই। অদুগা হায়রকখি – "অ . . . অ . . . অদোম . . .!" অদুগা অরা নুংঙাই য়াননা

মপি থৈবোক্লদুনা মখা তারকখি – "ঙসি তোল্লবী ঐগী ইজ্জৎ সম্মান পুম্বা অথোম্না কনবীরে . . . মদুগী লমন্দি . . .?"

"মেহরু! মদুগী লমন্দি ঙসি ঐনা নঙবু ডাকুশিংগী মখুৎতগী কনজহৌদুনা নঙনা মফমসিদা পুজা কৎলিবসিনা ওইরে . . . ইফমদা নঙী তৌবীমল হায়বমক্তবু মতুংদা অমুক হন্না নথন্না অমম-অথেঙবদা খক লাপনা চৎকে খনগনু . . .।"

"ঐনা মদু মতম খুদিংমক্তা খক কাউররোই . . . অদুগা মমাংদসু কৈদৌনুংদা চৎথোকখিদ্রি। ঙসিতবু অল্লাগী মফমদগী থম্মোয়গী অপাম্বা খরদং চীক্লা নিজগে খঞ্জদুনা লাকচবনি . . . হৌজিক্তি থম্মোয়গী অপাম্বসু নীংবা থুংলে . . . অদুগা সে, মুসলিম নিঙোলগী শেংলবা খুদোলসে অমকপা লৈতনা লৌশিনবীয়ু . . . মসিবু লান্না লৌবীগনু। ঐনা নফমদা কৎচগদবা হায়ববু মসি নত্তনা অতৈ করিদি লৈরিবা . . .মরমদি ঐ মুসলিম নিঙোলনি।" অসি হায়রগা খুদোপ অমা ঐঙোন্দা পীরদুনা মীৎলুদগী পি শীন্থবা হৌরক্লে।

"মেহরু! ঐ নঙগী খুদোলদো লৌরোই। নঙগী মমল নাইদ্রবা খুদোলদি শেংলবা নঙগী আত্মাদগী শীন্থরকপা মীৎকী পিরিকশিংদুনি। মদুনা ওক্লে অমুক নৌহৌনা খুদোল তমদ্রবসু।"

"তৌবীগনু। ঐহাক্কী থম্মোয় শেংনা কচ্চরিবা খুদোলসে লৌশিনবীয়ু, নত্রবদি . . ."

"ফরে, নঙনা য়াদ্রবদি ঐ লৌরগে অদুগা ঐগীসিসু লৌশিল্লু।" অসি হায়দুনা ঐনসু মঙোন্দা খুদোপ অমা পীখি। অসুন্না খুদোল লান্নরিঙৈদা তুংদগী নুপা অমনা ফিংনা হায়রকই –

"মেহরু! নহাক মফমসিদা করি তৌরি? হায়য়ু নুপাসিনা কনানো?"

খঙহৌদে! শাওরবা নুপাদুনা মখূৎতগী চৈদু থাঙ্গৎলগা ঐবু ফুরগে থৌরাংলকখি। খূদক্তুদা মেহরুনা খুম্নকখি – "নক্তে-নক্তে বাবা! লেপ্লিবা নুপা অসিনা ঐগী ইজ্জৎপূ কনবীরকখিবনি! মহাক লৈরমদ্রবা, ঙসি বাবানা নঙগী নুংশিজরবী মেহরুবু অমুক উবা ফংলমখিগদ্রনে?" অসি হায়রগা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা কপখি।

মপানা ঙক্লা হংলকখি – "হায়য়ু, ইচাবু কনানা লাকচ-খুদুম চনগে থৌরাংলম্রবা? ঙসি আমির হিংলিনা! আমিরগী পাঙ্গল খরদং ময়েং তারক্লে খন্না মখোয়না থওই উশিৎতবরা? খঙগনি ইপাগী ইতিক!" ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা – "ইবুঙো, নহাক শাওগনু, ইপানা খরা লানখ্রমাল্লে। নেংমা শোয়দনা নহাক্কী তৌবীমল লমন শিংলখিনি! য়েংউ, মাইকৈ মরিমক অমুক্কসু শুরু মমশিল্লক্লে . . . থেংগ্রে হল্লসি।"

নুমীৎ অসিদগী ঐনা মেহরুবু অমুক উবা ফংখিদ্রে। পুখ্রী মপান্দা নুমীৎ কয়ানি ইদোম ফমখি। মানা পীবীরম্বা নুংশি খূদোল মঙায়রে ইমীৎসিনা পেল্লা য়েংজরিবা হায়ববু। মাগী নুংশি মায়থোঙদি থক উখিদ্রে।

ন্নারবা তাইবংদা ঈশ্বরনা মীওইবগী চৈঙাক অমদি হেক হেক পীনবী। অদুমক ঐগী ইফমদদি ঙসি নুংশিরবী ঐগী নর্সিম বানু! বানুতনা মতম খূদিং ঐবু ইতেং পাংবীরি। কয়াদা নুংশিখ্রবা নুপীমচানো। নোংমদি মহাক্লা শীনবীদুনা ঐনা মেহরুবু কনা খঙহন্দনা মখোয়গী ইমুংদা উনরে। মহাক তপ্লা-তপ্লা চঙলক্কুনা  ঐগী নাক্তা পার্দাগী ন্নাংমদা ফমখ্রে। ঐনা হায়খি – "মেহরু, চঙশিল্লকউ মফমসিদা।"

"তাকপীয়ু। চৎনবীনা ঐবু মায়খলগী ন্নাংমদা থম্রি। মসি কুমারী ওইবীশিংগী চৎনবী ওইরমাল্লে।"

"ঙাকপীগনি ঐবু! উঙমদনা উনরবা পুন্সিসিদা ঐনা ঙসি নফমদগী করিঙম্বা অমতং নিজগে হায়ববু -"

"হায়বীনীংবা পূম্বা চিংনদনা তাকপীয়ু। ঐদি লমন য়াম্না তোল্লিবীনি! খাঙ্ঙুথক্তা মাঙলম্নগদবা পুন্সিসিসু নহাক্না কনবীরকপনি. . .!"

"ওক্লে মেহরু! অদুক য়াম্না হায়বীগনু! নঙগী পুন্সিদি অল্লানা কনবীখিবনি! ঐনবু করি ঙম্নুগনি?"

"তোল্লবী ইফমদগী করি অমুক নিনীংঙাই লৈরিবগে?"

"য়েংউ মেহরু! খম্ব্রুরগা ঙক্লবা ঐগী থম্মোয়না হৌজিকসু নীংউবা লৈতনা ঐগী মীৎতগী পি শীম্বুরি। নহাকপু নুংশিজরুবতনা হায়ফম তৌফম খঙদ্রবা ঐগী থম্মোয়সে ওমচাক্লনা খাঙলি। নুমীৎ খুদিং নঙগী ম্নাখলদা লূপচবতনা ঐগী ইথৌনি। ঈচেল কল্লবা নুংশিবগী ঈচেলসে অতৈ কনাগী মফমদা ঈতিল্লুগে হায়দে – মতম খুদিং নঙগী থম্মোয়তবু তমদুনা চেম্বুরক্লি। অদুবু অম্নাবনি মেহরু! নীংজরিবা পূম্বসে নঙগী আশানি! থম্মোয় প্রেমগী কল্লবা মৈচাকসে নঙতনা কোকহনবা ঙমগনি। হায়য়ু মেহরু! নঙনা ঐগীদমক্তা লেপ্পিবা থক ঙম্নোইদ্রা? থম্মোয়গী অম্নাবসে কোকহল্লরোইদ্রা? পুন্সিদা নুংশি ঈপাক অমুক্তা কুম্নুদ্রিবা ঐঙোন্দদি পোৎলুম অসে পুঙমদ্রে! . . . ঐ য়াম্না ম্নারে!"

মহাকসু কপ্পি। খোঞ্জেল নীক্না খুম্নকখি – "অদুবু ওইবা য়াবা থবক্লনে? অদোম্না মৈতৈ . . . ঐনা মুসলিম . . . করম্নবু চৎনবী সমাজগী অকনবা পনবু নমথেক্লুনা . . .!"

"মেহরু, নঙ ঙম্নোই! ঐদি য়াম্না ঙাঙবসু হৈতে। অদুম ওইনমক ঐ খল্লবনি চামরক হল্লা, কয়ারক খন্দুনসু ঐগী থম্মোয়দা তাখ্রবা নঙগী নুংশি

মৃত্তিসিবুদি ইখুৎসিনা লৌথোক্নুনা হুম্দোকখিবা খক ঙমদ্রে। খল্লুরে সমাজগী চৎনবীসু। ওল্লুরে কয়ারক হন্না খল অদু – নঙগী প্রেম অদুগা সমাজগী চৎনবী। নঙগী প্রেমনা মহেল্লি। নীংশিংলুই লান্না খোঙ থাংজিন্নুরবা মায়থীরবা নুংশিবগী প্রেমিক-প্রেমিকা কয়াগী ঋারবা ইতিহাস! থম্মোয়গী ঋাফম কয়াসি অমতা থুপ্লরোই ঙসিদি! মখোয়গীদমক থম্মোয় শোক্না কপ্লুই ঐনা। অদুবু হন্না খম্বরুরগা থরায় তানা অমুক নোকচরি মরমদি – মায়থীরবা প্রেমিক-প্রেমিকাশিং অদুগী নুংশি ঋারীতনা য়ামহল্লি নুংশিবগী মমলবু। ওইহল্লি নুংশিববু অমর! নুংশিবগী মফমদদি খক খায়দে মানা – লাইর-ইনাক; অচৌ-পিশক; জাৎ-বিজাৎ! মহাক্তি পুন্নমক অমতনি! অদুগুন্না ঐসু নঙবু ঙসিদি জাৎ তিন্নদ্রবীনি খন্ন-খন্না নহাক্কী ঋাখল তৌদনা খক লৈবা ঙমশিল্লক্রে!"

"ওঃ নঙগী জাৎনা হন্থনা য়েংবীরিবা মুসলিম নিঙোল অমবু নঙনা অদুক নুংশিজরুরবা. . .!"

"অশেংবনি মেহরু! ঐনা নঙবু নুংশিরুই! মনীং তন্নবা ঐগী যৌবন পুন্সিসে, থেংনখি নহাক্কুম্বী কয়া-কয়া। অদুবু মখোয়নদি ঐগী থম্মোয়বু খুদুম চনবদি খক ঙমখিদে!"

"ঐতনা নঙগী থম্মোয়বু খুদুম চলহল্লবা। ও! লাইবক থীরবী ঐসে কয়াদা ফৎখিদ্রবনো! ফরে অদুদি ঐগী থম্মোয়নুংগী কনা খঙহনখিদ্রিবা, মতম কুইরবা পাপগী মশক ওইরবা আশাসে নফমদা ঙসিদি হায়দোক্লগে অখাকপা অমতা লৈতনা! তোল্লবী ঐনি. . . লাল্লুরবা ঐগী ঋাখলনি! ঐতনা নঙবু নুংশিরুব্রা হায়ববু নহাকসু. . .! অতোনবগী জাৎতা পোক্লবী ঐগী অমাংবা ঋাখলসে পুক্লুংদা কনা খঙদনা পৎপ্র-পুমপ্রসনু হায়ববু মাগী মতম য়ৌরক্লবোইদো! ঙসিদি হায়দোক্লেদো! ঐনা নঙবু খঞ্জরুবদু ঐহাক ইতোমতা

ইমায় ঙাঙখি খন্থরুবদা! ইতোমদা হংখি – লম্বী অসিবু চুম্রিব্রা? মানা হিন্দু – ঐনা মুসলিম! থম্মোয়নুংদা অব্রাবনা থল্লবা, হায়দোকপদা হঙ্গোয়রবা রাখল কয়া-কয়া ফুমবতনা ঐগী লাইনা ওইরক্রবীনি! তোল্লবীনি হায়দুনা খন্থরুবদা অমু-মুক জ্ঞান মাঙলবীনি। অদুবু সমাজগী মীনোক্তবু কিজবনা পুন্নমক থুগ্তুনা থমজরক্রবীনি।"

"অদুদি মেহরু হায়য়ু! রারবা থম্মোয়নুংগী ঈচেল অনী অসিনা করম্বা মতমদা পঙ্গুংফম য়ৌরগনি?"

"থম্মোয়তনা খঙনগদবনি – সমাজদি খঙহল্লোইদবনি!"

"করিগীনো মেহরু?"

"নঙবু সমাজগী কল্লবা মীনোক্তু কিদ্রা? চৈফুদুবু খাঙবা ঙমগদ্রা?"

"ঙমগনি। নঙদি?"

"ঐদি ঙম্রোই!"

"অদুদি নঙগী নুংশিবদু অশেংবা নুংশিবা নত্তে। অশেংবা প্রেমিকা অমগী রাখল লৈ হায়বসি ঐনা থাজবা খক ঙমদে।"

"তশেংনমক পাঙ্গল শোল্লবী ঐঙোন্দা নুংশি-উৎ চাইবীরিব্রা য়েংগে তৌজবনি। অদুক য়াম্রা থাজবীদ্রবদি হায়রগে – ঐ অসে নুমীৎতুদগী হৌনা নহাক্কীদমক লেপথ্রবীনি। পুন্সিচুপ্পা নঙগীনি!"

"সমাজ খঙহন্দনা. . .?"

"মান্নি! সমাজদি থারবা পোম্ফিনা কুপ্লবনি, মহাক্না মনুংগী ঈচেনবুদি খক য়েংশিন্দে। মপাম্রোংগী মীৎনা উবদুতবু মহাক্না থি-থিদুনা লাক্লে। অসিগুম্বা সমাজ অসিদা অচুম্বতবু পামজবা মীদি অমাংবা তারবনি!"

"অদুদি নহাক মদুদা অদুম লেপ্লে?"

"ঐগী অরেপ্পনি! থাজবীদবা তৌবীগনু, ঐনা নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশি। নঙগী নুংশিবদা ঐগী পুন্সিসে কৎথোক্রবনি।"

# খূদোল

মেহরুনা ঐবু মাগী থম্মোয়দা কয়াগী মতিক নীংজবা!

অথেঙবা অহীংতবু ঙাইজবদা তেল্লবা নুংথিলগী মতমসে ঙাইঙমদে। অহীং কয়া অসে নুংশি সাগরগী পাক্লবা ঈয়ায়দা লোন্না-থূপ্না ঈতিল্লুরগনি হায়বা খনবদা লাক্কদবা মতমদুবু কয়াগী মতিক খৌরাংনা ঙাইজরিবা!

নিংথম ঋতুগী মমৈদা উপাল-মাপালগী শকফমদি –? কদায় ঋতুরাণীনা খোঙদাবীদ্রবরা? মতম অমদা মহাক্তবু শোন্নজরম্বা, মহাক্তবু য়েংজরম্বনা মীৎকী পোখানফম ওইখিবা হৈপাল লৈপাল খিবীক ঙসিদি মরম্ন ইকোক কোক্রে। অদুম ওইনমক মসি পূম্বা মপূ মাগী পুংলোন তুংইনবনি, মরম্ন কোকপা মখোয়গীসু অউবা ঐখোয়দা য়েংনীংহল্লি, মফজরি।

নূতিগী নুংশি চাক্তাফম লৈকোল অদুগী ফিভমদি কমদৌরি? মাদি লৈকোন্নিদনা লৈকোল! লৈরাংশিংগী রাণীদি গুল্লাপ লৈনা রাণীনি, মাদি লৈকোলসিগী হায়না নিংথম ঋতুদা ফাওবা নীংহন্নবা লৈতনা ফ়ুগায়না লৈশাৎ তম্রি। মোমোন নোক্রি। নাইতোম লৈরাং গুল্লাপ্নি, নিংথম ঋতুগী মতারোই। মশাবী খোইমু কনানা মশানৌ উনজগে হায়দুনা তফিং-তফিং লাকচবদা

থেংনদদুনা হাথু-হাথু নীংবা কায়না হনখিগে তৌবদা মহাক্কী প্রেমগী মশক ওইরবা লৈকাদা তোংহন্দুনা নুংশি পোখাহনখিবী লৈরাং শুম্লাপ্লি। শুসিদি লৈকোলসিদা মায়থোঙ মকা লাম্রিবসে মহাক্তমক ঙায়হৌরে। মফম খুদিং শিন-থুংনা শাৎলি অঙাংবা অঙৌবা . . .। ঐনা মেহরুগী নাক্তা চঙশিন্দুনা মাগী মরেংবান্দা শোক্লুরে। ইকায়থীবী লৈরাংগী মপোক্নুবী মহাক্লি। মহাক্তি লায়রদুনা ঐদি?

ঐনা মাগী মফমদদি পুক্নীংগী অরোনবা কয়াসে হায়দোক্কে হায়দ্রদুনা য়া ঙাঙবা থোকচদ্রিবী লৈরাং কয়াদা ওৎ-নৈরুরি। লৈরাং শুম্লাপ লৈদি খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে – লৈমায়থক্তা ফন-ফন চোংথরক্লে। লৈনানা পূমচায় চাইরে। লৈনাশিংদুনা লৈপালদগী লৈমায়দা চোংথরকপদা মালংগী ঈপোম কয়া থেংনদুনা থেক্লা খোয়না লৈনা-লৈনা জগোয় শাবগুম নীংথিজরি।

মেহরুনা পোমশাৎনবী লৈরাং চরোং অমা হেক্লগা ঐঙোন্দা পীরদুনা হায়রকই – "য়েংউসে, লৈরাংগী জাৎসে! মশাবী খোইমু কনা লাকপদা মাসু নুংশি মোমোন নোকচরিবনি লোন্না-লোন্না উনারক্তা. . .হায়দোকপদি ঙমজদা!"

ঐনা মহাক্কী থোৎলবা খজাই নাপোম অনীবু খুবাম অনীনা নানবীরদুনা হায়খি – "থম্মোয়গী নুংশি লৈরাং! চান্নবী নংসু মখোয়গুম ইকায়রিব্রনে ঐঙোন্দা?"

মানা মোমোন নোক্না মমীৎ তুকথরদুনা খুম্লকই – "খক য়াদে ইকায়রোই খনবা থম্মোয়সে! মাদি অতোপ্পা সংসার অমা ওইরমাল্লে।"

"সে মেহরু! খরদং চঙশিল্লকউ।" অসি হায়দুনা ঐনা মাবু লৈকোলগী খ্বাইদগী হেন্না মনা পূংনা শুক্লবা মফম অমদা খুদাং পায়দুনা চিংশিল্লি। থাবলগী মঙালসু খনখ্রে। মাগী চীক্লবা নাপ্পদা ঐনা হংখি – "ইকায়রিব্রনে

নহাকপু!"

মহাক খুম্বা তৌখিদ্রে। ঐগী ইথাদা মহাক্কী মায়থোঙ থাজদো কনাগুম্বনা উখিনি মতাগুম লোৎপা হৌরক্লে। কল্লক চাউবা যৌবনগী হ্বাখল ঈংথনা লৈবা ঙমখিদরে। মাবু চেৎনা, য়াম্না চেৎনা কোনশিনবীখি।

ইবানিগী ইতৌ উবদা ফৃগায়না শাৎপী লৈরাংশিংসু উনারক্তা লোৎখ্রে। খোইমু কয়ানা ঙংনা-ঙংনা পাইথোকখ্রে। থাজা মহাকসু ইকায়খিগনবা ইবানিগী ইতৌদা অউবা মহাক্লা ইকায়জরদুনা, পাক-চাউরবা অতিয়া মকোয় শিন-থুংনা মনীং তম্না পাইজরিবী নোংগী মরুমদা মচি মরুম থূপ্না লোৎকদবগী হোৎচিনখ্রে। লংনা ঙৌরম্বা প্রকৃতি মীৎকুপ অমদি পুম্মম মমখি! পুমচীক চীকখি!

ঙহাক লৈরগা কনা খঙখি-উখি-তাখিদ্রবসু মতোমতা ইকায়থীবী, মমায় পুঙমজদ্রবী মহাক্লা হায়রকই – "অসিনা নঙগী ঐগী কনা খঙদনা ঐতনা পীবা নুংশি খুদোলনি। কনাসু উখি-তাখিদে হায়দুনা কাউথোকপীগনুকো ঐগী নুংশিবসে! থাজনা শাক্কিনি! লৈকোল লৈরাং গুল্লাপ্নসু তাহৌরবনি! কাউগনুকো নুংশিবা!"

"চাল্লবী! নঙবু করম্না কাউবা! পুন্সিগী অহানবা নুংশি ঈচেনদা থেংনরুবী কনাবু কনানা মপুন্সিদা কাউঙমখিবগে?. . .দেবদাসকী পারু, খম্বগী থোইবী, শাহজাহানগী মমতাজ. . . ঐগীনা নঙ. . . করম্না কাউগনি?"

"নঙসু নঙগী নপুন্সিদা দেবদাসকুম, ঐগী নুংশিবদা নপুন্সি কৎথোকপা ঙম্নগদ্রা?"

"দেবদাসনা পারুবু নুংশিবদুদগী ঐনা নঙবু নুংশিবসিনা শরুক চামা

হেন্নশ্রেইদ্রা? খঙদ্রে হে নুংশিবা! নঙগী ঐগী নুংশিবগী চাংসি ওন্ননবা খুৎলাই করিগুম্বদা লৈরম্রবদি লায়না খঙলমগদবনিকো!"

মেহরুনা নোক্রদুনা হায়রকই – "ওন্দ্রবসু খঙলে!"

কয়াদা নুংশিখ্রবা মাগী মীনোক্কো! নুংশিবা মানা তৌরিবমখৈ ইপক্তা পকচৈ, ইনুংদা নুংশি! হে নুংশিবা! নহাক লৈরম্বতনা ঙসি মালেমসিনা মালেম ওইজবা ঙম্রি! নৎলমদ্রবদি নহান্না উৎ ওইনা তুম্লম্বসু য়াই।

ওস্লোকপনিদকো হে থম্মোয়! নহাকসে কয়াদা খম্বন চাউখ্রবা! কয়াদা কল্লক চাউখ্রবা! অথেঙবা অহীংসিদা ফাওবা পাঙ্গল শোল্লবী, ইকায় থীরবী মহাক্কা ঐগীদমক লেপ্লীদুনা কনাবুসু কিরুবা লৈতনা ঐসু লৈরি। মাসু লেঙদ্রি! অদুবু কনাগুম্বা অমনা মুনখিগনি মতাগুম মাবু ইথানুংদা হন্ন-হন্না কোনশিনবীরুরি।

থেঙলমাল্লে অহীংসে! সংসার পূম্বা নিদ্রা মানা শুমথ্রমাল্লে – নুংশিৎ ফাওবা চপ লেপখ্রে। মফম-মফম খুদিং পূমচীক চীকখ্রে। অহীং চাক্তাবা কৌজেং হারৌদংদি মরক-মরক্তা খোংবগুম তৌরি। থাজা মহাকসু ইবান্নিগী ইতৌ য়েংন-য়েংনা নোংচুপ চীংশাংদা চঙখিগদৌবগী লাক্করম্রে। অকি-অখঙ লৈত্রবা মথৌ চিল্লবা হে যৌবনগী হকচাং! মাসু চোকথবা হৌরক্রেদো লু-তোংনা শাবনিনা! নুংশি মায়কৈতবু য়েংবদা, মাতবু হাকন্নজবদা, অহীং মীৎশেং খাঙবদা ৱাববা থম্মোয় মহাকসু পোত্থানীংলক্রেদো! মঙোন্দা হায়খি– "চান্নরবী! অহীং অসে থেঙজিল্লক্লে, নহাকসু চঙলো, হল্লগেকো ঐসু।"

মেহরুনা ঐবু থাঙ্গৈশেংনা নুংশি। মাগী ঐগী অহীং কয়াগী মিলন্না মদুগী শাক্ষিনি। সমাজতবু কিজবনা লোন্না-থুপ্না মপাস্লেংদা, অদুগা মনুংদদি নীং-তন্না। . . .নোংমসু মানা হায়খি – "মপানথোংদা ঐসে মুসলিম নিঙোলনি

সমাজনা . . . মনুংদদি হিন্দুগী মৌনিনে ঐসে। ঐগুন্না উং চাইবী কয়া সমাজনা উদ্রি। অদুবু ঐদি মখোয়গুন্না মতম খরগীদমক পুকচেল লেপ্তবীদি নত্তে। ঐদি পুন্সি চুপ্পা হিন্দুগী মৌনি।

অনীশুবা শরুক

## কায়নবা

ৱারম্রবা থম্মোয়সে মেহরুগী মকাদা য়েৎচদুনা অৱা কোঙ্গায় কোকচরে। অসুম্না হৌখিবা খঙহৌদে, ঙসিগা থানা থা অমা ফারক্কে। অদুবু অৱাবনি! মৈবু ফিনা কুপতুনা থম্বা য়াদবগুম ঐগী অরোনবা থবকসি খঙদুনবু মতৌব্রা করিনো নোংমদি ঐগী খুৎতা ইখঙ খঙহৌদনা চিঠি অমা থুংলরে। চিঠি অদু ফাক্তুনা পারুবদা অসুম্না ইরম্মী –

ইম্ফাল,
তাং ৫।২।... ইং
য়ুমশকৈশা।

নুপামচা দিনেশ্বর,

নঙগী নফমদা ইপানা খঙহনখিবনি মরমদি নহাক্না থামুক হেনবসি য়ুম্রোমদা পাউ-ঈ অমতা থারক্তনা লৈখিবা অসিদা ঐখোয়দি লৈফম চাফম খঙদ্রে। অমরোমদা হৌজিক নহাক্কী নমাসি মশা ঙমদে হায়দুনা লৈরক্লিবসি

মগুা-তরানি শুজিন্নক্লে। মরম অদুনা নহাক চিঠি অসি হেক ফংবগা খুদক্তা লাক্তবা য়াদ্রে।

নহাক্কী পাবুং

শ্রীইবুঙোহল সিংহ।

ঐ চিঠিসি পারুবদগী পোত্থাফম খঙখিদ্রে। ঐগী নুংশিজরবী ইমানা মশা ঙমদদুনা লৈরে হায়বা তাবদা থম্মোয়দা তয়াং তাশোই। অমরোমদা অমুক থম্মোয়গী নুংশিজরবী মেহরুবু ঐনা করম্না থাদোক্লগা চৎখিগনি। খল্লুবদা ঐহাক নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে। খনফম খঙদনা হনগৎ-হন্দা চৎলি ঐ। ইনেনা ঐঙোন্দা –

"দিনেশ্বর, য়ুম্রোমদগী চিঠি পীরকপনি।"

"অহোয় ইনে, ফংজরে।"

"করি মরোল হায়রকপগে?"

"ইনে, ইমাসিদু য়াম্না কন্না নারে হায়। ঐ হয়েংমক চৎতবা য়াদ্রে।"

"ফরে ইবুঙো, নমাসিবু লুনা তৌ। মহাক্কী অনা সেবাদা থৱায় লুপ্লুকো!"

"অশেংবনি ইনে। ঐনা ইমাসিবু লুনা তৌগনি. . . অদুবু ওম্থোক্না নীংঙমখিদ্রেদা থম্মোয়সে, ইমাসিদুবু কয়া কন্না নারিগবা?"

"নপুক্নীং অদুকসু হস্তবা তৌরুগনু! ঈশ্বর লৈরিদনা।"

"হোয় ইনে। পুম্নমক মাগী লিলানি।"

থম্মোয়সে ঈংথগে মখল্লি, অদুবু খক ময়াদে। থুনমক চৎপা তারে ঐ। মহাকপু কায়নগনি খনবদা তনিক-তনিকই ঐগী থম্মোয়সে। চৎতবদি য়ারোই। বিদাই লৌরুবা তারি মফমদগী ঙসিমক। অসুম্না খল্লদুনা ঐ ফিরোল

শেৎচিন্নগা মপান থোরক্লে। ইনেনা হায়হৌই – "থেঙনা হল্লক্কনু নুপামচা!"

ইনেগী ব্বা থওইনা তারমদনা ঐহাক প্রপ-প্রপ থোরক্লে। নুমিদাংব্বাইরমগী নোংজাবীনা মালেম অসে চামথোক্লে! ঈংলবা নুংশিৎনা হকচাংগী তুখোং খুদিং ঙা-থেংদুনা হুম্রি! অদুবু পুন্নমক অসিনা থোইনা হেন্না ঐঙোন্দদি ওল্লাং ওনশাওই।

লমদম তান্না চাক্তরুরবা চেক্লা শঙ্গু-শঙ্গু পাক্লবা মালংদা মহুম মায়কৈ পাংনা পাইরি। ষণবী-ষগ্নাওশিংনা মহৈ-মহৈ ফুরুপ-ফুরুপ ময়ুম মায়কৈ তন্না চেনখৎলি। ও! শা-ষণ, উচেক-ব্বায়া খুদিংমকসু মাগী-মাগী মহুম মশাইগোন্দা হনবা খক ক্বাউদে। ঐদি ইয়ুম্বু মতম কুইনা কাউথোক্লুরে।

অসুন্না খন্ন-খন্না লাকপনা ঐগী অব্বা পোত্থাফম পুখ্রী মপান য়ৌরক্লে। ঙহাক নৈরগা ব্বানুসু থোরক্লে, ঈশিং শোকদবগী। মায়থোঙ মোমোন মীনোক্লা নৈতেংলি। ঐনা কৌই – "বানু!"

"হিঃ করিনো, ঙসিদি মায়থোঙ লাংশিল্লিনা! ঐখোয় ইচে উনদ্রব্রা?" বানুগী মহৌশাগী ফাগী তৌগনবা ব্বাঙাঙনি।

ঐনা খুমই – "বানু! নঙগী নচেদি ঈশিং শোকপা লাক্লরোইদ্রা?"

"খঙদে। করি হায়য়ুগে মঙোন্দা?"

"বানু, ঐ নখোয়বু থাদোক্লুনা হয়েং য়ুমদা চৎপা তারে। অদুনা ঐ ঙসি নঙগী নচেবু অমুক্কং উনবা পামই। নঙনা উনহনবা ঙম্নরোইদ্রা?"

"দিনেদা, সিদা নৈবসিবু নুংঙাইত্রব্রা? করিগীনো অদুক থুনা চৎকদৌরিদি?"

"বানু, ঐগী ইমা নারে হায়না চিঠি লাকই! অদুনা ঐ চৎতবা য়াদবনি।"

"ফরে অদু ওইরবদি ঐ হায়রুখিগে।"

থুনমক ঈশিং শোক্কৎলগা প্রপ-প্রপ চৎখি। ঙহাক্তংগী মতুংদা অমুক চেল্লাক লাকই মখোঙ য়াংবী বানু। শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্রা হায়রকই – "য়েংঙোবা দিনেদা! হোরেল নুংদাংনে শোয়দনা উনসি হাযরকই। ঐ চৎলগে!" মীকুপ অমতসু পল্লমদনা চেনখ্রে।

. . . মমশিল্লকপা ঙাইখি য়াস্রা ৱানা। পূং খরা ঙাইবদু ঙাইঙমখিদে। ফরে মতম মাসু ময়ৌরক্লগনি। অদুবু করিনো ঐনা মফমদা হায়গদবা! করম্রা বিদাই নিগদগে চান্নবী মাগা কায়ননবা। মমৈথংদা ঐ চপ য়ুংনা খল্লে – মহাকপু কায়নবা থক ঙম্নরোই। ঙসিসিমক ঐনা মাবু পুদুনা চৎলগনি। . . . অদুবু . . . করিগুম্বা ওইথোক্রুবা পাউসি তারুবদগী ইমাসিগী অনাবা হেনজিনখ্রবদি! মদুনা মরম ওইদুনা শিখিবা থোক্লবদি . . .! ও . . . ঐগী ৱাখল লাল্লে! খনবা হৌনদে অসুম্রা! হিংহনখিগনি ঐগী ইমাবু, শোয়দনা হিংহনখিগনি।

মতম চানা ঐহাক মখোয়গী ইস্কোলগী মনীংদা চঙশিল্লক্লে। নাশোন পীক্লা ফাওজিনখি। মনীংগী লৈকোলদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী মরুমদা ঙহাক ফমদুনা পোত্থাখি। মহাকসু থোরক্লে নাশোল পীক্লা। তপ্ন কৌরুই ঐনা – "মেহরু!"

মহাক চঙশিল্লকখি ইনাক্তা। ঐগী খূৎ পায়রৈ। হংলকখি – "হয়েং চৎলগনি হায়ববু অচুম্বরা?"

"অচুম্বনি মেহরু! ঐ ঙসিসিমক চৎলগে খনখিবনি, অদুবু নফমদগী করিগুম্বা অতংদি . . ."

"হায়বীয়ু!"

"ঐগী ইমাসি য়াম্রা কন্না নারে হায়না চিঠি থারকই। ঐ চৎতবা য়াদবনি।

অদুম ওইনমক নঙোন্দা অসিমতং হায়নীংই মদুদি নহাক ঙসিসিমক ঐগা লোয়ননা চৎলসি, ইমাসিবু খুরুমহৌসি।"

"দিনেদা! থম্মোয়গী মবুঙো, করি হায়না খুমউগে তোল্লবীনা নফমদা! ব্লাফম অদুতদি হায়বীগনু!"

"নত্তে মেহরু ! ঐনা নঙবু মীৎকুপ'মতা থাদোকপা ঙমদে। চৎলসি ঐগা লোয়ননা, অমুক য়াদবা তৌরনু!"

"অদুম ওইনমক নফমদা কৎথোকখ্রবা হকচাংসে সমাজনদি নঙগী ওইবদা হঙ্গোইবা মীৎয়েংনা য়েংলক্কনি! মতম অমদা নহাক্কী লৈফম সমাজ অসিদা মচেৎ অমতা লৈরক্লোই। ঐবু পুগনু। ঐসে মতম পুন্নমক্তা সমাজবু খঙহন্দনা নঙগীদমক লেপ্পবীনি।"

"মদু খক ওইবা য়ারোই মেহরু! সমাজ খঙহন্দনা নঙনা ঐগী কয়া কুইনা ওইবা য়াগদগে? ঐবু অমুক ওৎলগনু!"

ঐবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবীয়ু। অমকপা লৈতনা নঙনা ঐবু নুংশিবীরবদি ঐনা নঙগীদমক পুন্সিসিদা তৌঙম্লোইদবা করি অমুক লৈখিগদগে?"

"ফরে, নঙনবু ঐগীদমক লেঙদনা লৈগনি হায়রবদি ঐ য়ারে. . . নঙোন্দা অমুক হন্না ঐ অব্লাবা পীররোই। চিংনবসু থম্ররোই। ঐগী ইপুন্সি অসিসু নঙগী নফমদা কৎথোক্লবনি। নঙনসু ঐবু কাউগনু। ঐহাক তোয়না লাক্কনি।"

". . . মতম পুন্নমক্তা নহাক্কী মুসলিম নিঙোল মেহরুবু খক কাউবা তৌবীগনু। ঐ অমা নঙগীদমক অথাপ্পদা লৈহৌরি হায়বসে, থাপ্লবসু নক্লা খনবীয়ু। অসিতনি নফমদগী নিজহৌগদবা!"

"মেহরু, চিংন পৱৈ পুম্বা কোক্লনবা ব্লাশক পন্দোম লোম্ররসি!"

"মদুগীদমক ঐনা করি চিংনরুগনি। তোল্লবীনা নহাকপু পুন্সিসিগী কাউররোই। ঐগী থব্বায় হকচাং পূম্বা নফমদা কচ্চরবনি অল্লাহনা সাক্ষিনি!"
অসি হায়দুনা মহাক্না থাও চীক্কুনা য়াশকখি!. . . ঐসু মঙোন্দা য়াশক্কে। য়াশক পন্দোম লোম্নরবা তুং, হায়নরুবা লৈতনা মাসু ঐসু চেজ্জেৎ কোনশিন্নরে। ইবান্নিগী কায়নবগী পিরিকশিংনা লৈমায় থক্তা ফন-ফন চোংথখিদুনা অহীং লীক্লগা মরূপ শানখ্রি। লোন্ন-লোন্না থম্মোয়নুংগী অৱা-নুংঙাই কয়া ফোঙদোক্লরবা মতুংদা থেঙলক্লদুনা ঐনা মেহরুবু ময়ূমদা থাজিল্লম্লগা ঐসু নীংঙমদনা মাগী ইখোলদগী মপান থোরক্কে।

# লুহোংবগী অহীং

মথঙগী নুমীৎ নোং হেক ঙানবগা ঐহাক য়ুমদা চৎনবা থৌরাং তৌরে। ইনেনা চৎলমদাইদা হায়হৌই – "মরক-মরক্তসু হেক-হেক লাকউকো নুপামচা!" ঐনা খুমখি – "তোয়না লাক্কনি ইনে।"

ঐ অয়ুক অঙনবদগী খোঙশাল্লকপনা পূং ৮/৯ তাবদা য়ুম য়ৌরে। য়ুম হেক য়ৌবগা ঙাইঙমদনা ইমা উননবগীদমক্তা প্রপ-প্রপ চঙখিবদা ইমানা হরাওনা কৌরকই – "ইচা লাক্রেদনা! কয়াদি কুইরবা ইচাগী মশক উখিদবা।"

"ইমাসি, কয়াম কন্না ঙমদবনো?"

ইমানা শ্বর শাংনা অমুক্তুং হোন্দোক্লগা মখা তারকখি – "ইবুঙো, নঙগী ৱাখলতনা ইমানা লাইমন ওইরিবনি।"

ৱাহৈশিংশি তাবদা ঐ শ্বাই লাউখি। ঐনা মুসলিম নিঙোলবু নুংশিরুবদু য়ুমদা পাউ তারবা জাৎলা হায়না।

ঐনা ঙাইঙমদনা হংখি – "ইমাসি, ঐনা করি তৌরুদুনা ঐগী ৱাখলদা লাইমন ওইরিবনো?"

"নুপামচা, ইমানা ঙসি নঙোন্দা হিকতোকপা য়াদ্রবা ৱাফম অমতং হায়গে। নঙনা মদুবু হরাও-হরাও য়ারবদি ফৈ, করিগুম্বদা য়াদবা থোক্লবদি ইমাদি নঙগী ৱাখলতনা ঙসি হয়েং খঙদ্রবনি!"

ঐনা খনখি, শোয়দনা ইমাখোয়না খগুলম্বা তারে. . .ইমানা করি বাবু হায়রকবা! ঙাইঙমদনা ঐনা হংখি – "ইমাসি করি বানো ঐঙোন্দা তাকপীয়্।"

"নুপামচা, ইমাগী পুন্সি য়েংদুনা নঙনা থবক অসি পাঙথোকউ নৎত্রবদি . . ." অসি হায়রগা খর ফুয়না হোল্লকই। পাখৎপগা লোয়ননা ঐনা নীংঙমদ্রবা ইমাগী বারবা মতৌ অদু য়েংলগা হায়খি –

"করিবানো ইমাসি, নচাদা চিংনদনা হায়দোকপীরো!"

"ইমাগী ইবুঙো, নঙোন্দা ইমানা তুংগী আশা পুন্নমক থম্লিবনি। নহাক ঙসিদি বিঃএঃ পাস তৌরদুনা মতীক চাবা মী অমা ওইরে। লেম্না লৈথোকপা য়াবা মতম নৎশিল্লকত্রে। তুংগী পুন্সিগীদমক্তা য়াম্না বাখল তৌবা য়ারবা মতমনি। অদুনা নঙগী তুংগী য়াইফনবগীদমক নঙগী নপাবুংনা নঙগীদমক্তা নশুং নমান্নবী অমা শীন্নরুরে . . . হয়েং লুহোংবা নুমীৎনি . . .।"

বাহৈশিংদু তাবদা ঐগী কোক্তা বজ্র কোতি অমনা তারকখিবগুম কোক অসি উরু-উরু লৈখি। ঐ বা ঙাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। চরম অসি খ্রক খ্রক কংখ্রে। জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা তুথখিরম্মী।

ঐনা জ্ঞান তারকপদা কনাগুম্বা অমনা ঐগী পাম্বোমদা পায়শিল্লকখি। অনাবা অমা কন্না ফাওরকখি। মীৎ তপ্না পাঙথোকখি। উরকই ডাক্তরনা হিদাক কাপতুনা লৈরম্বা। ডাক্তরনা নোক্লদুনা হায়রকই – "দিনেবাবু করিগীদমক্তা হকচাং অসুক শোহ্নহনবীরিবনো? ঈ য়াম্না বাৎলে! চীঙ্গাক অফবা খরা দরকার ওই।" চেদা করিগুম্বা খরা ইরগা – "হিদাকশিংসি চাং নাইনা শিজিন্নবীবা তারে। করিসু তৌরোইদা।" মখা তানা ডাক্তরনা করি-করিনো হায়রম্নগা পাবুংগা মবান্নি থোকমিন্নখি। চীক্রবা ঐগী কানুংদা বাখলনা ফুম্বংননা ঐ হীপতুনা লৈহৌরে। তপ্না-তপ্না মীৎ উইশিনবা লাক্লে। ফক্লাং

ঘড়ীদগী নুংখিল পুংও তারকপগী খোম্লাং য়েরকপা তাখি। মীৎ খংপাও পাওথোকখি। পাবুং চওলক্লম্মী, হায়রকখি – "নুপামচা! নশাদু খরদি পোখারবা নৎত্রা? ওহাক হৌগৎলু . . . বর বার্ত্তোন লাক্লি!" অসি হায়রম্লগা পাবুং থোকখি।

নমদুনা ঐবু লুহোংবীগদৌরে। মেহরুনা তারগা করি খনগনি . . .। হায়না-হায়না ময়াম চওদুনা ঐবু ফি-রোল শেৎচিনবীরগা মপান্দা পুথোক্লে।

ও! ফিজেৎ ফিগায় ময়াম্না তৃদুনা শাবা লাইফদিবী, নওদি থম্মোয়সু পানদে, ওাওবসু ওমদে। মীনা তৌরিবমখৈ য়াই – হীপ্পু হীপ্পী, লেপ্পু লেপ্পী! করিগুম্বা মতমদসু ম্নখোয়না লুহোংথোকপী। ময়াম্না নোকই-ফজৈ-ফজদে!

নুপামচা অমা ঐগী মাওদা শাংদ্রোং শাংনা খুরুমখি পুম্নমক ঐ মশেন-মরাং উখি।

লেপ্পা নাইদ্রবা মতমগী ঈচেল! ওহাক্তসু পোখাবা লৈতে নওদি! অসুম চেনশিল্লকই! নওদি কনাবুসু ওাইবীদে। নওনা ঐগী ওইহন্নীংদ্রবা নুমীৎ অদো পুদুনা লাক্লবা! নওসে কয়াদা তমথীখ্রবা!

লুহোংবা নুমীৎনি।

মরূপ-মপাং মরীমতানা ইমুং মাঙ্গোল ইরাও লাওই। মাইক্কী খোঞ্জেলনা মায়কৈ মরি শিন থুংনা ঐগী লুহোংবা নুমীৎনি হায়না শন্দোক্লি। ঐগী নুপা ওইবগী নীংতম্রমবা হকচাং করি ওইখ্রবা ওসিদি! করম্বা শুম্নয়াই যদু-মন্ত্রনা শুমখ্রবা! ঐ থরায় য়াওদ্রবা লাইফদিবীনি!

ইমানা ঐগী কাদা চওলক্লুনা হায়রে – "নুপামচা নমান্নবা ময়াম লাক্লি, ওহাক্তং হৌগৎনবা হোৎনৌ!"

ঐ করিসু খুমখিদে।

ঙহাক লৈরগা রমেশ চঙলকখি। মাগী মহৌশাগী পুক্কী তিংলবা ফাগীশিংদু তৌররি অমুক্কসু।

"রমেশ, ফম্মু ফিদাদা" ঐনা হায়খি।

"দিনেশ, মরূপ! করিনো নঙনা তৌরিবসিবো। নত্তে, অনৌবা ফংগদবা নুমীৎকী মায়থোঙবু অদুরা? পেন্না নোকউনে মরূপ! নহাক্কী ভাগ্যচন্দ্রনি, হায়বদি লাইবক্তা থা থোক্রবনি হায়বা! . . . নঙগী ওইগদৌরিবী 'বিমলা' কমদৌই নঙ খঙলব্রা? মশক-মতৌ ওগ্লোক্লা ফজে। অচৌবা ইমুংগী মচানি, লমচৎ-ব্যবহার ফজে। হন্দক্তা বিঃএঃ পাস তৌরবীনি। করি অমুক হায়গনি মরূপ . . . মাগী মায়থোঙগী ফজবা ঐদি কবি নত্তবনা থাবা হৈতে। য়াম্না ফজে চুং ফিরান চানা ফজবা মফজদো! য়ুমগী মৌ অমা ওইবদা মায় খুনিংঙাই লৈতে। পাখঙ কয়া কয়ানা এতেমপ তৌনরিবনি। পাবুং অমদি ইমাসিগী জয় হায়বদুনি। অদুগুম্বী কন্যা অমগী লাইবক ফরবা বর অমগী লুহোংবা নুমীৎকী মায়থোঙবু অদুরা? . . . সে, মদু য়াম্নমক পকচদে, লৈশাবী কয়া-কয়ানা চাকচৈ শোনজবা ঐগী মরূপ দিনেশকী মোমোন মায়থোঙদো, মদু . . .মদু অমুক্তদি উহনসি ঙসিদি। সে মোমোন নোকউনে ভায়!"

"অদুম ওইনমক মরূপ!" ঐনা খুমখি। মখা তাখি – "ঐ মদু পূম্বা করিমতা কল্লক্তে। ঐগী থম্মোয়না করন্নদি কল্লকফম থোকই? নুংশিবগী মরী লৈত্রবা, নুংশিবা পোকপা ঙমদ্রবা মফমদা তৎতনা প্রলয়গী মৈশা ফাওই। পুন্সিদা অমুক্তসু থেংনদ্রিবী, শক খঙনদ্রিবী, মপুকচেল খঙদ্রিবী অমগা ঐগা করম্না পুন্সি লেম্মিন্নগনি! করম্না নুংশিবা ঙম্লগনি?"

"ও! নো নো মাই ডিয়ার ফ্রেণ্ড! নঙগী নমাসি, নঙগী নপাবুং . . . মখোয়না খঞ্জবা মমৌবু অদুগুম্বী জগৎনা কদায়দগী ফংবা ঙমগদগে?"

"মরূপ! মদুনা ময়ামগী ৱানি! থম্মোয়গী ৱা হায়বমদি লৈরি। মখোয়না মদু খঙবীদে! মখোয়না মদু উবীদে। হায়রীবা পুন্নমক্তু ঐগী ইফমদদি কোকিলগী নিংখিরবা সুর নত্তে, কাক্কী য়াক্রবা খোল্লেলনি!"

"ওহঃ কাইন্ট ফুলিস! মে ইট বি আইদর এ ক্রো ওর এ কক্কু, তাবদমক তাশিল্লু মরূপ . . . ঐবুদি অরানবা শিগনু, নঙগী থম্মোয়বু ওলহনগে হায়দুনা ঐনা শেম-শাজিন্দুনা হায়বা নত্তে। মরূপ, খোংলগা খঙগনি।"

ঙসিদি রমেশকী মায়থোঙদা মায়থীবগী মমি তাবগুম উরি। মহাক্কী অমুক্তা অদুম্না তৌগনদবা মীনি। মীনা হায়নৈ – "রমেশকী মমায়দি মরৈ য়েৎপমখৈ য়েৎনরবসু, মানা ফনা মায়থীরবসু খক ঙাঙনবা মচাক ঈশ্বরনা হাপ্লীরক্তে!" অদুবু ঙসিদি মহাক ঐগী মাঙদা মমায় ঙাঙলে।

মতমদুদা ইমানা চা পুশিল্লকই। রমেশতা – "ইবুঙোসু লাক্লম্লেদনা।"

"হোয় ইমাসি।"

ইমাসু চা থম্লগা থোকখি।

"চা পায়খীয়ু মরূপ!" ঐনা চা কপ অমা ঈনশিনখি। মখা তাই – "উকিল ওইবা য়াগদ্রা হায়দুনা হোৎনরুবনি। শাওনবা য়াদে।"

রমেশনা চাদু অমুক্তং চুপলগা মখা তাথরকই – "ইমাগী য়াথংদি ঙাকপা তাইকো মরূপ!"

নুংথিল পুং অমা মখায় তারম্লে। মরূপ মপাং ময়ামসু য়ৌরক্লে। বর শেম্নবনা ঐবু ফি-রোল শেৎচিন ইনশিনবীরি। মতম য়ৌরক্লদুনা বর যাত্র তৌরে। করম্না পাঙথোকখি . . . করম্না হৌখি? . . . ঐ করিমতা নীংশিংখিদে। লুহোংবদু উচিন নাচিম্না লোইরদুনা জ্ঞান-মেন অমা ইতা তাদবমখৈ ঐ য়ুম য়ৌরে। ঐগী হৈনীংদবা ইতৌদা মরূপ মপাং কয়ানা তত্তনা

হংখি – করি তৌরবগে হায়না। অদুবু হায়দোক্লবা মগ্রবা থম্মোয়নুংগী রা কয়ানা তৎতনা ওৎখি ঐবু! চীনবান মকা তৎতনা ফোংগে হোৎনরকখি। হোৎনরকপা খুদিং নীংশিংলকখি – "মপাম্ন্ৰেংদা ঐসে মুসলিম নিঙোলনি সমাজনা . . . মনুংদদি হিন্দুগী মৌনি ঐসে . . .!"

ঐনা করম্না হায়দোক্কনি থম্মোয়গী অৱাবসে। মেহক্লগী রাশক কায়হন্নীংদ্রবদি ঐনা মসিবু হায়দোকফম থোক্তে। উপায় লৈতনা ঐ লুহোংলেকো হায়বসি খঙ্গক্লবদা অমুক-মুক ইশানা ইশাবু কাউথোকচখি। ঐনা মেহক্লবু অমুক উনবা ফংখিগদ্রা? উনরগা ঐনা মফমদা করম হায়দোক্কনি ঐগী হৌগ্রবা অঙকপা থৌদোকশিংসে। ঐবু তাক্লমদনা তোক্লশিন্না মঙোন্দা? অদুবু করিগুম্বা ঐনা তাকত্রিঙেদা পাউ অসি মানা হন্না তাখির থোক্লবদি মানা ঐবু কৈদৌনুংদসু থাজবা কৌঝতা লৈত্ৰরোই। মাদি ঐগী থাজবা মপূক্তি অদু কৎথোকখ্রবীনি। ঙসিসু কৎলমখিগদ্রা ঐঙোন্দা? থাজবনা ৱাৱবা রাফমনি।

রাখলন্দা ঈরাক্লরিঙে, মৌ অনৌবী থিন্নক্লে। মায়কৈ পূম্ব পূন্নিন নিনখ্রে। অৱাবগী ঈপাক্তা হন্না-হন্না ঈরাক্লরিবা ঐবু লীপূন অদিনা অসুন্না সূম পূনশিনখ্রগদ্রা? ঙসিদগী হৌনা শকথঙদ্রবী মাগা লৈমিন্নবা তাসন্না?

ফরে, মহাক খাঙলসনু . . . মাগী করি মরাল লৈরিব্র? . . . ঐ মঙোন্দা রা মচেৎ অমতা ঙাঙপ্ৰরোই। মেহক্লগী নাতম চংলুখিগনি অমুক হন্না। বিমলা সমাজদা ঐগী মৌনি . . . ঐগী থম্মোয়গীদি মহাক নত্তে! ঐগী থম্মোয়গীদি সমাজনা মাখীদ্রবী মেহক্লনা ঐগী থম্মোয়গী মৌনি। . . . ঐনা রাশক অসি ঙাক্লবা হোৎনগনি।

. . . অহীং অসে লাকলেদো! অহীং অসিবু করম্ব মখলগী অহীংনো . . . লুহোংবা নুমীংকী অহীংসে? ঐ ভাব করিমতা তাদে। মরক-মরক্তা ভাব

তারক্কবসু রাখলনা লাকথদুনা থমই। অহীং অদু মীৎশেং খাণ্ডবদা কয়াদা রাজরবা। অনৌবী মহাকসু তাইওন্নরবা ঙসিগী তাইবংপান অসে ওক্না থোকখ্রমগদ্রে, তূখা চল্লদুনা ওরু-ওরু নৈদুনা খাণ্ডখি।

ঐ পাপ পুন্দ্রা? ঐবু অত্তাওবনি খল্লমলোইদ্রা?

খনখি ইতোমতা মখল-মখা পংখন খনখি। অদুবু অমুকসু খঙ্ হে - "শকখঙনদ্রিবা ওক্নি, ইকায়দুনা তৌবনি হায়না খনজরগনি, ঐদি মাগী মশা থক শোক্রক্লোই . . . !" পুঙমদ্রবা থম্মোয়মসে নমথরগা ওথাক্তদি তূমখে হায়না খল্লি। অদুবু মিল্লা লেখীনা ওমবদা য়াওহৌদ্রমগদ্রে, তূখা ওকয়া য়াদে। তূখা য়ামনক্রবা অদুনা ঐনা বিমলাগী মপক্কীংগী বা হংদোক্কে খন্দুনা কৌখি - "বিমলা!"

মাসু ঐওন্না তূক্লখদ্রি। ফৈজুপ মনুংদগী খুম্লকই -"করি তাকপীগদবা -?"

"বিমলা, নঙ নপুক্কীংদা য়ারৌবা তৌগনু, ঐনা য়াফম অসি মুন্না খল্লবা মতুংদা নঙোন্দা ফোঙদোক্রবনি। ঐনা খঙদ্রিঙেদা নঙবু লুহোংবনি। ঐহাক খঙলক্রবদি থক শোক্রোই। পুন্নমক হৌজিক্তি হৌগ্রে। অদুম ওইনমক ঐ নঙবুদি থক শোক্রোই। ঐ য়াশক্রবনি। নহাকপু অমুক হন্না নয়ুমদা থিনবীরগে খল্লি . . .।"

বিমলা হীক্ক-হীক্ক কপ্লক্রে। কপ্প-কপ্পা হায়রকই - "মদুবু ওইবা য়াবা থবক্রা? ঐবু শান্নপোৎনি খনবীদ্রা? নত্তে ইবুঙো, ননাই ওইবী ঐঙোন্দা লক্কগে হায়না নক্কবীদ্রিদ্রা। পুন্নমকতু ঐঙোন্দাদি মঙ ওইনা থোক্লে। অদুন্না তাকপীগনু। ওসিনদী ঐ অসি নহাক্কী ননাই নুপীনি, নহাক্কা ওইহন্নীংবা মওংদা ঐবু ওইহনবীয়ু। ঐ মদু য়াজে। অদুগা ঐবু ইপামদা চৎলু হায়বদুতদি থক তাকপীগনু।"

"ঐনা হায়রিবসি অশেংবনি বিমলা! ঐ নওবু খক নৈমিল্লবা ঙগ্নেই !"

"করিগীনো ইবুঙো . . . ঐগী করম্বা ইরালনো? মরম অদু ঐসু খঙজবা য়ারোইদ্রা?"

"নঙনা মদু খঙলুদুনা নঙোন্দা করিমতা ওইজগদবা নত্তে। ঐনা হায়রিবসি য়াও, মদুনা ফগনি। মরমদি নঙগী নফমদদি ৱাফম অসিনা মৈদা ঘী হৈবা থোক্কনি।"

"চামরক হায়দুনসু ঐ নহাক্কী ননাই নুপীনি। পুন্সিদা ইমং অনী শুজরোই হায়দুনা ৱাশকচত্রবী ঐনি।"

"অদু ওইরগনা অমুক হন্না নয়ুম পান্দনা লৈবা য়াইনা?"

বিমলা হীক্ক-হীক্কা কপ্লম্বদগী মখোল থোক্কা কপ্পা হৌরক্কে। তাহৈদ্রবা মাগী মীকপখোল অসি তাদুনা ঐবু কয়া কুইনা খাঙগবা? কপ্পা তোক্কগা হায়রকই – "ইবুঙো . . . ঐঙোন্দা তাকপীয়ু। মরম অদুতা খঙজরগা অদোমগী নীংবা কায়দনবা ঐনা শীঞ্জগনি।"

"বিমলা! মরম অদু নঙনা খঙবা কান্নরোই হায়রিবসিনি। সমাজনা তাবা-খঙবা য়াদ্রবনি। নঙোন্দা তাকথোক্কবদি নঙনা সমাজদা সরা শন্না তমথোকখিগনি! মীৎকুপ অমগী মনুংদা মালেম থুংনা চাইখায়গনি!"

"ঐবু থাজবীয়ু ইবুঙো, ফরবসু ফত্রবসু ঐ অসি ঙসিদগী নহাক্কী ননাই নুপী ওইরবনি। ঐনা ইবুঙোগী মাঙনবা শীল্লগা ঐঙোন্দা করি তোংজগদগে?"

"নখোয় নুপীদি নপুক্কীংদা অরোনবা ৱা থম্বা খক হৈনদে। নঙসু নুপীনি, মখোয়গী মনুংদা অমনি।"

"অরানবা ৱাখলদা খনবীগনু ইবুঙো! মরম অদুদা খঙজরগা ঐহাক ইপামদা পুন্সিচুপ্লা য়ুম পান্দনা লেঞ্জখিবা ঙমগনি!"

"ফরে বিমলা! নঙনা য়াদ্রবনিনা ঐ হায়দোক্লগে, . . . ঐ অসি মুসলিম নিঙোলগী মপুরোইবনি! নঙ তৃক্কচদ্রা?"

"করিগী তৃক্কচগনি। মুসলিম নিঙোলসু মীনি। ঐসু মীনি। ঈশ্বরনা পুন্নমক শেম্লস্বা ঙাক্তনি। মদুগীদমক্তরা?"

"নত্তে, ঐনা মুসলিম নিঙোলদুবু নত্তবা অতৈ কনা অমতবু হন্না য়েংলোই হায়না ৱাশকখ্রে . . . অদুবু ঐগী ৱাশক্তুবু কায়হনবীরে! . . . ঐবু মীনস্বা ৱা কয়া হায়জিন্দুনা কৌথোক্লগা নমদুনা লুহোংবীরে নঙগা! লাইবক থীবা অমদি ঐনা লুহোংবদুবু থিংবা ঙমহৌদ্রে। . . . ফরে, ঐনা ঙমজবনা ঐগী। মখোয়না ঙমখিবনা মখোয়গী, হৌজিক্তি ঐ নঙবু কৈদৌনুংদা শোক্লোই হায়না লেপ্লে! ঐ মুসলিম নিঙোলগী ৱাশক ঙাক্তবা খক ঙম্লোই . . . ।"

"অদুগীদমক্তা ওইরবদি ফরে, ইবুঙোনা চৎপীনীংবা লম্বী অদু চৎখিবদা ননাই নুপীনা খক থিংবা তৌগ্ররোই! ঐনা ঙসি ৱাশক্তুনা হায়জরিবসিনি। অদুগা ঐবুতদি সমাজগী মীৎয়েংদগী কন্নবা নহাক্কী ননাক্তা থম্বীয়ু! সিমতং নফমদগী নিজগে!"

"মদু খক ওইবা য়ারোই বিমলা! অদুবু ফরে . . . নুমীৎ মঙানিগী তুং, চাক্কৌবা নুমীৎতা অদুম্মক লৈহৌবা . . . মসিমদি য়ারেদনা?"

বিমলা তৃমিল্লা লৈখ্রে। লোন্ন-লোন্না কপ্পগী খোঞ্জেলসু ঐনা মরক মরক্তা তাখি।

# নঙগী নরাল নত্তে, ঐগীনি!

ঙসিদি মঙানি ঙবা নুমীৎনি, লুহোংবগী। ইমুং-মনুংগী মী পুন্নমক মহৈ-মহৈ ইরাঙ-লাঙনরি। চাকৌবা চৎননবা শেম-শানরি। লৈকায়গী মৌ লৈশাবী ঙন্না তিন্নরে। মখোয় মশেল ফজৈ-ফজদে খৎনৈ, য়েৎনৈ।

রমেশসু য়ৌরক্লে। মরূপ মপাং অতৈসু মথং-মথং লাক্লরে। ঐসু ফি-রোল শেৎচিন্নবা হোৎনরি। মখোয়না ফাগী তৌই– "মরূপ! অনৌবা পুন্সিসিবু কমদৌরীবগে?"

"কনানা খঙগবনোদা! অব্রাবা পোৎলুম হাপকৎপনি।" মখোয় ময়াম রা লাউনা নোকই। ঐগী অচুম্বা পাউখুম মখোয়গী মফমদা ফাপ্পী তাহনখি।

ঐখোয় গাড়ীদা তোংখৎলে। ময়াম লাঙই য়ৌ-য়ৌ। ঙাঙনৈ শকনৈ মখোয় মখোয়না থোকপা। ঐদি ভাব অমদা চৎলি। রাখল অমদা তাওথরি – "বিমলা ঙসিসিমক শোয়দনা লৈহৌরগনি। ঐদি ঙসিমক মেহরুগী মনাক্তা চৎলগনি অমুক! মাগা উনরুগনি। চীক্রবা অহীংদা শানরুগনি নুংশি রারী কয়া-কয়া। কয়াদা নুংঙাইগদবা। . . . মফম অদু য়ৌরগা, ইবান্নি উনরবা তুং – ঐনা লীথোক্কনি মফমদা হৌখ্রবা অঙকপা থৌদোকশিং। ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু হায়গনি। মাদি পুকচেল চাউবীনি। ঐগী ইরাল লৈদুনসু থম্মোয়বু শেংদোক্রুবদি মানা ঐবু শোয়দনা ঙাকপীগনি . . .।"

"মরাপ। সে চুরুট। অহল মতম ওইরক্রবনা না-কা তাথীবা হৌরক্রবোইদো!" রমেশনা ফাগী তৌরকই। ময়াম রা লাউনা নোকই। রমেশনা পীবা চুরুটতু অমুক্তং কন্না চিংলগা মৈথু শাংনা কামথোকখি। নুপী ময়ুমসু য়ৌরম্রে। ঐখোয় ময়াম কুমথদুনা চঙলে।

বিমলা ইনাক-কৈরাক খুনবী ইমুংগী মচানি। মপানা অফাওবা উকিলনি। খুৎকন পাঙন্না পানবা ইমুংনি। অদুগা করিগীদমক্তনো মানা অসুক ঐঙোন্দা নোঞ্জরিবদি? খনফম খঙদে। চিংনখি মাবু – মহাক সহর নিঙোলনি। সহর নিঙোলগী লমচৎ নাইদবা য়ারী কয়া ঐ তাখ্রে। লাইরিক কয়া পাখ্রে। মহাকসু ওইরমগদ্রা মখোয়শিংদুগী মরক্তা অমা? – ঐ চিংনখি। নুহোংবা নুমীৎকী নুংদাংদুদগী ঐঙোন্দা য়াথল অসি খলহনখি। অদুবু য়াথল হক্সরবা মীওম মাগী মওং-মতৌ, শাজৎ-য়াঙাঙ, ওন্না তাৎ হৈনা লোৎশিনগদ্রা? – কদায় ঐগী মীৎসিদদি ওসি ফাওবদা মাগী নত্তবা মতৌ করিসু উবা ফংদবা; করিসু তাবা ঙমদবা!

অদুম ওইনমক মহাক ঙসিদগীদি মহাক্কী নুংঙাই য়াইফরবা ময়ুম অসিদা লৈহৌরগনি। ঐঙোন্দা লৈবগী মহৎতা অতোপ্পা অমদা অমুক হন্না ময়ুম পানজখিবনা মহাক্কী নুংঙাইবা পূন্সি হায়বদু ওইগনি। ঐগীসু মদুনা পেঞ্জবা হায়বদু ওইরগনি।

উচিন-নাচিন্না চাকচাবা তোক্রে। হেক তোকপগা ঐখোয় থুনমক য়ুমদা হন্নকখি। লম্বীদা রমেশনা হৌদোক্রকখি – "করিগীনো মরাপ, নহাক্না নুমীৎ চুপ্পগী নথায়দু ইনুং-নুংঙাইতনা লৈরিবদুবু?"

"মরাপ। ঐ কোকসি য়ান্না চীক্রে, অদুননি।"

"ফরে, কোক চীকপদু পোত্থাবা ওইনা সিনেমা হোল্লোমদা লেঙশিল্লুসে! ইংলিস পিকচর ফজবা অমতং হেক য়েংবদা পুন্নমক পুমকাউ!" ময়াম্নসু পাংশিল্লকই – "য়াই! য়েংলুসি!"

"ঐবু ঙাকপীগনি মরূপশিং! ঐনা খরচ পুম্বা তৌজগনি! অদুগা ঐবুদদি পোত্থাহনবীয়ু য়ুমদা!"

"এঃ তৌরনুদা খিৎ! লুহোংবা কুইদ্রিঙৈগী ময়ুম থাদোকনীংদে হায়বদু তৌরেদনা!" অমনা হায়রকখি।

মখোয় ময়াম ব্রা লাউনা নোক্লকখি।

"ফরে-ফরে মরূপনা য়াদ্রবদি ঐখোয় ময়াম য়েংলুরগে।"

"মতুংদা অমুক য়েংমিন্নসি ব্রারৌনবা য়াদে।"

ঐনা রমেশতা খরচ পীখি। মখোয় ময়াম চৎখ্রে। উচিন-নাচিন্না নাম্লোকহৌরে ঐ। কয়াদা ব্রাই শংহৌরবা!

ঐগী কাদা চঙদুনা ফি-রোল হোংদোক্লে। মপুনা মতম কুইনা থাদোকপীরম্নবা ঐগী কাদা ইদোম পোত্থারি। কয়াদা ইনীং তন্না ব্রাখল খঞ্জবা ঙম্নবা। ফক্লাং ঘাড়ীনা পুং ৩ তারে হায়না তাক্লি।

. . . ও! মীৎকুপ অমতং উদবদা কুমজা কয়া উনখিদ্রবগুম খল্লবা ঐগী থম্মোয়গী মেহরুবু ঙসি ৭/৮নি চুপ্পা উনরক্তবা! . . .ঐ মাবু উননীংবনা ঙাইঙম্নক্লে। কনাবু ঙাইরুবা খল্লুবা তৌদনা ঐহাক থুনমক মেহরুগী মায়কৈ পাংলক্লে।

মতম খরা থাদোক্লম্নবা লম্বীগী দৃশ্যশিংনা ঐবু অমুক উবদা হরাও মকা লামনা ফে-ফেৎ হাইরি। নুমিদাংব্রাইরমগী নামিবা নুংশিৎসু হাম্নগুম লিরি-লিরি অদুম শিৎলম্রি। নুংথিল কোরৌ হনবসু নোংমাগী মথৌ লোইরদুনা নোংচুপ

চিংয়া পাংখ্রে। নুমিদাংবাইরমগী নুমীৎকী চিংয়াদগী য়েরকপা তঙাং-তঙাংলবা মশেক্না য়েবদা মীপূম খুদিংমক্কী শক-চুবু য়েংলুবদা থোইদোক্না ফজবা হাপকৎলি। লমদম অসি য়ৌরক্লগা মতম অস্মাই য়ৌরকপদি ঐগী থম্মোয়দা অপনবা লৈতনা মমাঙগী হৈথ্রবা থৌদোক কয়া, পুথ্রীমপানগী নুংশি ৱারী . . . অহানবা উনখৈগী মাগী ঐগী মীৎয়েং লোইনা খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা ফোটোগ্রাফরনা মাগী বোক্স মনুংদা লৈবা নেগেটিবতা মী অমসুং দৃশ্যশিংগী শক্তম চিংশিন্দুনা মমি তাহনবগুম ঐগী থম্মোয় লায়ুমদা মরী-মরী তান্নরি।

ঐগী নীংশিংবা খিবিক অসিনা ঐগী থম্মোয়বুদি নুংঙাইবা পীবা খক ঙমখিদ্রে। অহোয়রনদুম অরা মৈচাক হাপকৎলি। মীৎকুপ অমতবু পোখাদুনা লৈনীংদ্রে। মহাক্তবু উননীংবনা শোল্লবা ঐগী থম্মোয়সে পুদুনা নুংশি চাক্তফম মফম কয়ামুক্তা য়ৌরক্লে। ঐ লাকপগী পাউ ফংলবদা নুপী মচা বানু থোক্লকই।

মঙোন্দা – "বানু! নঙনা ঐগীদমক কয়াদা ৱাবীথ্রবা! ঙসিসু অমুক্তং বানু, অদুগা সে – নঙগীদমক তমদুনা পুরকপা খুদোল . . .।" অসি হায়রগা ঐনা খুদোপ অমা ফুরীৎখাওদগী লৌথোক্লুনা শিজিনবীরে। মহাক হৱাও-হৱাওনা চেনখ্রে। ঐগী ৱারবা ৱাখলসে, মতম খুদিং নুপীমচা বানুতনদি ইতেঙ পাংবী। মহাক্কী চন্নবী মায়থোঙদো কয়াদি নুংশিথ্রবা!

ঙহাক লৈরগা – "দিনে দাদা! হোৱেল লৈকোলদা . . .!"

ঐনা – "বানু! নঙগী চাচা লৈহৈব্রা?"

"লৈহৌদে, থবক চৎথোকখিমাল্লে।"

"নচেদি নহালমখৈ করম্না লেল্লি?"

"য়াম্রা ৱানা লেল্লি। মানা হায়, নঙবু কৈদৌঙে অমুক উনবা ফংগনি। ঐঙোন্দসু তত্তনা হংই – উনব্রা?"

"ফরে, হৌজিকপু মাবু করি তৌহৌবগে?"

"অদুবুরাও, করি-করিনো মোনখুম, রুমাল য়াম্রা লোনদুনা লৈহৌই। কুইরে, মদুতা লোন্দুনা মতম লেল্লক্রি।" অদুদগী মখা তারকখি – "উম! য়াম' থেঙখ্রেবো, ঐ চৎলগে।" ঐগী পাউখুম অমুক ঙাইরমদনা মহাক চেনখ্রে।

নুমীৎ তাখ্রদুনা ঐসু মাগী মনাক্তা চৎলে। লৈকোল লৈরাংশিংদো মায়থোঙ ইমক মকশিন্না লৈরমই। ঙহাক লৈরগা মেহ্রু থোরক্লে। হংলকই –

"দিনেদা! ইমাবু মশা ঙমদে হায়বদায়?"

"ফরে চান্নবী। ঐগীদমক খনবদা নাবম্রিবনি হায়।"

"করিগী?"

"মেহ্রু!" ঐ খৌগংনখি। মাবু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিনবীরগা ঐনা মখা তাখি – "ৱাফমসি নঙোন্দা করম্রা হায়দোক্কনি? মসিবু তারগা নঙনা কবি ওইহৌগনি? ঐ হায়ফম খঙদ্রে।"

ইথাদা মায়থোঙ লোৎলদুনা মানা হায়রকখি –"হায়বীয়ু! নঙগী হকচাং তংখায়নি ঐ! ইফমদবু করি অমুক লোৎনীংঙাই লৈরিবগে? অঙম্বা নতেং পাংগে নঙগী অৱাবা খরতা ওইরবসু কোক্রবা। হায়বীয়ু, পুক্নীংগী অৱাবা ৱাবু ইফমদা হায়দোকপদা করিগী চিংনবীরি?"

"মেহ্রু! অঙকপা চৎনবীনি . . . চৎনবীদুনা চেৎনা পুনখি ঐবু . . . ঐ . . .!"

"হায়বীয়ু।"

"ঐ . . . ঐ লুহোংলে!"

মহাক ঙকপনা থম থেংখি! খঙনীংনা হংলকই – "কৈদৌঙে?"

ঐ মীৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে। খুমখি – "ঐবু মফমসিদগী কৌখিবা নুমীৎতুগী হেক নোংঙানবগা . . .!"

"অদুদি নশানা য়ানা হোঙখিবা নৎত্রা?"

"ইমাগীদমক খল্লুবদগী . . .! ঐদি মতমদুদা করি ওইখি চান্নরবী! নহাক করিগুম্বদা লাইফদিবী লুহোংবী শান্নবদু য়াওখ্রা? – মদুগা ঐগী লুহোংবদুগদি করিবু খেন্নরমগবা!"

মেহরুনা মমীৎতগী তারকপা মপি তৈথোক-তৈথোক্না ঙহাক খনখি অদুগা হায়রকখি – "নহাক্না করিগীদমক লাইফদিবীগুম লুহোংলুরিবা? নে-না তানা ইমা পাবুংগী য়াথং ইনফম থোকই। মশানা অতাবী থবক তৌববু নঙনা করিগীদমক য়ারুরিবা? সমাজদা নহাক্কী মৌ অমা লৈতবা য়াদে। ঐবুদি নহাক্কী সমাজনা য়ারবী মৌ হায়বদু হন্দক্কী মপোকসিমগীদি ওইথোক্তে। ঐদি খঙঙি মসি পূন্নমক ওইরক্কনি হায়বা!"

"নত্তে-নত্তে মেহরু! পূন্নমক্তু ঐগী থম্মোয়নদি খক য়ানীংখিদে। ঐ লুহোংলবনি। অদুম ওইনমক ঐনা শকখঙদবী নুপী অদুবু ঙসি ফাওবদা মশা শোক্তনা মাগী ময়ুমদা থিনবীখ্রে!"

মানা শাউনা খুমক্লখি – "ওহ! দিনেদা! নঙনা করিগীদমক অদুক চাউরবা পাপ অদুবু লঙশিল্লুরিবা! করিগীদমক মরাল লৈত্রবী নুপী অদুবু ওৎলুরি? নহাক্তি খঙলম্রোই দিনেদা। নুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়গী অৱাবা! নুপা ওইবশিংদগী নুপী ওইবীশিংনা শরুক লীশিং হেন্না ৱায় হায়বসে ঙসি

ঐঙোন্দগী খঙগ্রো? চৎলো, মাবু লৌশিনবীয়ু। মঙোন্দা মরাল পীবীগনু, তুংদা নহাক্কী অমাঙবা কয়া লাক্কনি।"

"মেহরু! নঙগুম্বী নুপীগী পুকচেল চেনবী সংসার অসিদা কয়া লৈরমখিগনি? নহাক্কী নপুক্সিসু মীগীদমক্তা শেম্লকপ্রা?"

"নত্তে! ঐদি ওক্তবীনি! মরাল লৈত্রবী মহাক অদুম্বী অরা মৈচাক অদো ঐনা থোকহনবনি। মাবু লৌশিনবীবতনা ঐগী পুক্কীং শান্তি ফংবা ওইরগনি। ও! লাইবক চাউৱীদুনা কয়াদা য়াম্না লেল্লিগবা!" অসি হায়রম্লগা মহাক হীক্রা-হীক্রা কপ্লক্লে।

"মেহরু, থম্মোয়গী চান্নরবী! য়াফমদুমতংদি ঐঙোন্দা শিন্নগনু। মহাকপু অমুকহন্না লৌশিনবা ঐ খক ঙম্লোই। ঐনা নঙোন্দগী কয়ারক হন্না পাপ লংশিঞ্জবা তারবনি।"

"শেরান্নরে নঙগী য়াখল। মাবু লৌশিন্নবতদা নঙ ঐগী লংশিনখ্রিবা পাপ অদু কোক্কদবনি। মহাক্কী য়াখলতনা ঐ লৈফম চাফম খঙদ্রে। হান্না চৎলুখো, মাবু লৌশিনবীরুখো, অদুগা মতুংদা লীশিংলক উনসি . . . ঐসে নঙগী পুক্সিচুপ্পগীনি নহাক কাউরব্রা?" অসি হায়দুনা মানা ঐবু কোন্দুনা কপ্পা হৌরক্লে। ঐনা মাবু চেৎনা কোনশিনবীরদুনা হায়খি – "কপ্পগনু ইশানৌ! নঙগী নীংবা থুংনবা, নঙনা হায়বতা য়ারগে।"

মহাক্কা মপি তৈথোক-তৈথোক্কা মখা তারকখি – "মহাকপু মতম পুন্নমক্তা মথ্বায় নুংঙাইহন্নু। মাগী নুংঙাইবতনা ঐগী নুংঙাইবনি। মানা য়ারগা ঐগী অৱাবনি। মা, ঐ নঙগী নফমদা অমতনি। অদুগা সে, তোম্লবীগী খূদোল, মসিবু ঐমক্তি খন্দুনা থম্বীয়ু।" অসি হায়দুনা মানা নিংথীনা পেকিং তৌরবা ময়োম অমা খূৎশিন্নরকখি। মদু লৌরগা মঙোন্দগী বিদাই লৌরক্লে।

# ৱানা লেল্লগনি পুন্সিসি

মেহরুনা থম্মোয় শোক্না থেল্লদুনা ঐবু থাদোকলক্লে। মানা ঐঙোন্দা কয়াদা থৌজাল হৈনা হায়বীরক্লিবা। মাগী থম্মোয়সিবু করম্বা মখলগী থম্মোয়নো খনবদা ঐ ঙক্তবা ঙমখিদ্রে। পাক্লবা প্রেম-মিলনগী ঈপাক্তা লূপতুনসু ঐগী থম্মোয়দি খক নুংঙাইবা ফাওবা ঙমদে। ৱারে হায়রিবা সংসারসিদা লৈরিবা মীশিংসিবু ঐগুম্না ৱারমগদ্রা?

অনীংবা য়াওদনা ঐ য়ুম য়ৌরকখি। খ্বাইদগী ঙকপদি বিমলা ঐগী য়ুমদা অমুক লৈরম্লে। মাবু হেক উবদা ঐগী অশাওবগী মৈরী ফাথবা ঙমদনা চাকখৎলকখি।

খাম্বা য়াদনা খংলাউ লাউখি – "নঙ অমুকসু মফমসিদা . . .!"

বিমলা মরু লুকথদুনা তুমিন্না লৈখি। ইমানা থুনমক চেনথোরক্লুনা ঐঙোন্দা হায়খি – "করিনো নুপামচা! নঙনা হন্দক মরক তৌরিবা মতৌসিবু? করিনোনে কা অমদি য়াম্না হেল্লবনি নহাক . . . নহাক মীওইবগী চৎনলোন হায়বদু করিমতা খঙদবগুম তৌরে। সেরা! . . . মীশিংসে উইশিৎক্রেদা! করি থোকচৈ হায়দুনা তৌজা শারিবনো? . . . ওম্লোক্লবু ঙকচৈনে! . . . কৈ মচা চাউননবা য়োক্লগা মপু চাগে হায় হায়বদো ঐঙোন্দা থোকলরেদনা . . .!"

বিমলাদা ওনশিন্দুনা – "নুপীমচা! লাউ, লাউ মাগী মনাক্তা থক চঙলুগনু! চন্দালসি মী হৃৎপা ঙমগদৌরি! করি রাখলনো? মমাঙঙৈগী অদুক লেমজবা, মোং হাদবা লমচৎতু কদায়দা চৎখ্রবা? কোয়রিবনি, হা চৎলিবনি হায়দুনা খরা তৌরুরগা মানা ঙাওশিন্নরিবা অসিবো! করি থোকচৈ হায়দুনা তৌজ-শারিবা ঙকচরেদকো! নঙনকানে অদুম্না হায়বা য়াপোৎ নত্তে, নবেম্মনে নবেম্মা! . . .লাউ-লাউ নুপীমচা, চঙলুনু মীহাৎপসিগী মনাক্তা!"

বিমলানা কপ্লদুনা ইমাদা হায়খি – "ইমা! নচানা ঙসাইনা হায়জবদুনি – ঐবু য়ুমদা থিনবীয়ু! ফৎত্রবী য়ুমগায়বী ঐ অমা লাক্কুনা ইমুং-মনুং মহী লাওহনবীগনু! ঐবু থিনবীরোনে ইমা!"

ইমানা বিমলাগী মপি তৈথোক্লদুনা হায়খি – "নুপীমচা, করিগী অদুম্না হায়রিবনো? মসি নঙগী নয়ুমনি। ঙাওশিন্নরিবনি ঙাওশিন্নরিবা! মানা কয়াবু কুইনা অসুম্না ঙাওশিন্নবা য়াগনি? . . . খরতা ঙাইরে নখোঙদা তুরদুনা হায়জরগদবা! . . . লাউ চৎসি।" ইমানা মাবু পুদুনা চৎখ্রে।

অঙাও-অফৈগুম ঐহাক ঐগী কাদা হাইরং-হাইরং চঙলক্লে। চীক্রবা কানুংদা ফমদুনা ইদোম রাখলগী ঈপাক্তা তাওরি! ওস্লোক্রা কল্লবা ঈথক্লি, অমগী মথংদা অমা! ঐবু তত্তনা ঈরাক্লহল্লি! শ্বর ফূইনা-ফূইনা হোল্লি! মুৎশি-মুৎশিরবা আশাগী মৈরিরক্তা তত্তনা মেহরুগী নুংশি মোমোন মীনোক্তনদি ঐবু থেম্বীবগুম তৌরি। হরাওনা ঐহাক্লা কৌরুই – "মেহরু!" অদুবু খুম্না তৌরমদনা স্বাই মাঙখি। খঙহৌদনা অমুক থোরক্কুনা হায়রৈ – "দিনেদা! নঙদি নপুক্তনা অমা, নচীন্দনা অমা ঙাঙবা মীনি . . . কদায়, নঙনদি ঐগী ইনাক্তগী বিমলাবু লৌশিল্লুগনি হায়না চৎখিবা নৎত্রা? অদুগা মাবু থীনা তৌবীরবা! য়েংউ, ঐগী কায়রবা শক্তমসে! নঙবু য়েংবা নুংঙাইরিব্রা?

ঐদি ওস্লেক্লা ব্বারেদা। নঙগী বিমলানা নুংঙাইরগা ঐগীসু নুংঙাইজবনি। মানা ব্বারগা ঐগীসু অৱাবনি। নঙদি থুনা কাউগনস্ত্রেদা . . ." অসি হায়রম্রগা মহাক স্বাই মাঙখ্রে। হন্না য়েংথরুবদা মানা পীরকপা নুংশি খুদোল অদুনা মাঙদা ঙৌরোক ঙৌনা তাদুনা লৈরম্রে। তিংথোক্তনা য়েংলুবদা অসুন্না থারম্রি – *দি ইদল-ফিতর দে* চিদাই-চিদাইদা *দি ফার্ষ্ট জানুয়ারি, দি থার্দ জানুয়ারি* মসিনা ফোঙদোক্লিবনা মাগা ঐগা অহানবা উনঙৈ, মঙোন্দগী ঐনা ঈশিং নিখিবা। অদুদগী ঐনা মাবু কনবীথিবা!

নুমীৎ কয়ানিমুক হৌখ্রে। ঙসিগা থানা লুহোংবা মতুং নুমীৎ তরানি হেনখ্রে। বিমলানা ঐগী সেবা নিংথি নিংথিনা তৌরে। ঐদি য়ুমজাওদা খক চঙলুদ্রে। নুমীৎ মরি মঙানিমুক অসি ঐগী কাদগী মপান শুকথোক থোকত্রে। বিমলাগা ঐগসু নোংমতসু লৈমিন্নদে, মানা য়ুমজাওদা,ঐনা ঐগী কাদা। বিমলাসু ব্বারৌবা লৈতনা নিংহন্নদনা ঐগী সেবাদা মপুক্লীং লুপ্লি। লাল্লুরবা ঐগী থম্মোয়সিনা মাবু কৌরুগদবসু হঙ্গোইবা পোক্লে। মাগী মরালদি ঐ শুকথেং থেংনদে। থাঙ্গৈশেংনমক মহাক মপুকচেল শেংলবী অমরা? মহৈ মশিং নিংথিনা হৈরদুনা, মপুংফানা জ্ঞান লৈবদগী মপুক তপথরবীরা? নৎত্রগা ওইদবা জালনা কুপ্লবীরা? ঙসিগী সমাজসিদবু অসুন্না পুকচেল চাউফম থোকপ্রা? ঐ খঙবা ঙমদে। খনবদা খনফম খঙদে।

মতম কুইনা নিংথিনা তুম্লক্তবা চারক্তবনা ঐগী ফিভম অঙকপা ফংনা ওল্লম্রে। ঐদি তশেংনমক খঙজদে। নুমীৎ চুপ্পা অঙাও-অফৈগুম চোইরোল লোনবতনা ঐগী ইথৌনি। মিংশেন্দা ইতোমতগী ইশক য়েংজরুবদা অকিবা শক্তম অমনা ইহুৎ শিন্দুনা লৈরম্রে। চাইরুং অনী শাথীনা চপশিল্লম্রে। হকচাং

অসি ফুরিৎ লৌথোক্লবদা শরু ঙাক্তা ঙায়বগুম নীংলে। মতম কুইনা কাউথোক্তুনা কোকপীরুদ্রবা কোইতনা মায়থোঙগী ফিভম ওল্লম্রে। য়েংলু-য়েংলুবা মফমদা তুরুচবা নত্তনা ঐগী হকচাংদা করিদি লৌখৎনীংঙাই লৈরিবা? ইশানা ইশাগী ইত্তৌ উজরগা মীৎতগী পি শীঙ্খিবা খঙহৌদে। রাখলনা শোঙ্গরবা হকচাংসে ঙহাক্তং পোথানীংবগুম তৌরকখি। ঐ অনীংবা য়াওদনা ফমুংদা ইশা কোম্রা হীপথখি। ও! মীৎকুপ খরদং ঐ তুমথরুরমাল্লে। কনাগুম্বা অমগী মোল্লবা খুৎনা ঐগী মায়দা শোক্লকপগুম তৌখি। ঐ তপ্না মীৎ পাঙথোক্লম্মী। কনা নত্তে, বিমলানি। মানা ঈশিং সাবম্রচিংবা লাঙদুনা ঐগী কোই কোক্লবা শেম শারম্মী।

"ও! করিগীনো মথোয়শিং অদুনা . . .?" ঐনা হংখি। ইনিল য়াওদে ঐগী খোঞ্জেলদু। শিরুম নারুম্নবা থম্মোয়দগী য়াম্না রানা থোকখিবনি।

বিমলানা মরু ঙমজরে মথৈ লূকথরদুনা খুম্নকখি – "ইবুঙোগী ফজরবা মায়থোঙগী ফিভম মাঙশিল্লক্লে। ঐ কোইদু অমুক্তা কোকথোকচগে, ঙসি ডাক্তর লাক্বনি।"

"শোঙজসনু বিমলা কৈদৌবগে? মানা ঐঙোন্দা করিমতা অকায়বা পীদে। করিগীনো ডাক্তরদি?"

"ইবুঙোগী নোংম-নোংমগী কায়রক্লিবা, শোম্বরক্লিবা হকচাংবু লায়েংনবা!'

"শোকখ্রসনু হকচাং অসি! অসিনা অসুম্মক শাস্তিগী লমদমদা খোঙশানবা ঙমখ্রবদি মদুনা ঐগী অঙৈংবা পোথানফম ওইরগনি!"

"নত্তে ইবুঙো!" মানা ঐগী চীন মেল্লদুনা হায়রকখি। মখা তারকখি – "অদুম্না খক তাকপীগনু!"

"অচুম্বনি, ঐগী হকচাং অসিদি ডাক্তরগী হীদাক্না ফহনবা ওমগদবা নত্তে! ঐবু ওৎলরক্লনু! ঐবু ইথত্ত থম্বীয়ু! অচীকপদা ঐ ইতোমতা ৱাখল খনজগে।"

"অদু ওইদুনসু ইবুঙো, মীনা করি হায়নখিগনি? কোইদুত্তদি কোকথোকচগে।" অসি হায়দুনা মানা হৈবোই-হৈতবোই খুর পায়দুনা ঐগী কোইশিংদু কোকথোকপা হোৎনরি। কোই কোকপা লোইরগা মানা নিংথিনা শু-চামদুনা ইস্তি তকথোক্লবা ফিরোল খরা পুশিল্লক্তুনা হায়রকই – "ফিরোলসু য়াম্না মোৎলে। অমুক্তা হোংদোকসি।"

ঐ খুম্বা তৌদে। তুমিন্না অদুম্মক লৈ। ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘাড়ীনা নুংথিলগী পুং অনী তারে হায়না তাক্লক্লি। ফি শেৎপা নংহৌদ্রে। ডাক্তর য়ৌরক্লে পাবুংগা লোয়ননা ঐগী কাদা চঙলক্লে। ডাক্তরনা ঐগী নাক্তা ফম্লগা খুদাংগী মিহুন, মীৎকী মচুনচিংবা মথং-মথং য়েংলকই।

"দিনেশ বাবু, হকচাংদু খরদং চেপথোকপীরকউ।"

ঐ খুম্বা তৌদনা মানা হায়রকপা মায়কৈদা চেপথোকই। কা অদু পূমচীক চীকই ঘড়ীগী কাতানা চৎপগী তেক-তোক মখোলদি তারি। ওহাক লৈরগা ডাক্তরনা হায়রকই – "হকচাংসিদি ঈগী শরুক য়াম্না ৱাংলে। প্রোটিন য়াম্না য়াওবা চীঞ্জাক শঙ্গোম, মাখোল, অশং অমাল, উহৈ-ৱাহৈ খরা য়াম্না শিজিন্নবীবা তারে। মসি শন্না হায়রবদা প্রোটেক্তিব ফুড ৱাৎপননি। মদু ৱাৎলক্তুনা পাঙ্গল শোম্নবনি। মতম অসিদা মপালগী ৱাখলগী লায়না কয়া চঙলকপনি। মসি অরানবনি হায়নসু লৌবীবা য়াই। মরমদি লায়না অসিনা নারক্লবদা মী অদুনা করিগুম্বা অমতবু চানীং থক্লীংলুবা লৈতে। অদুম ওইনমক মতমসিদা নম-নমদুনা চাশিন্দবা য়াদে। হায়রিবা চীঞ্জাকশিংসি ৱাৎপনা মী অদুগী হকচাংদু শোম্নরকই। মখল-মখা অয়াম্বা লায়নাগী মহীকশিংনা

চঙলক্কুনা লায়েংবদা ৱানা থোকহল্লি। মী অদুগী লায়না অদুদি হকচাংবু শোন্থহন্দ্রবদি মতম কুইরক্লগা মহাক্কী ৱাখলদু কাউরক্লগা লায়না ফরকপসু ময়াওই। অদুগা করিগুম্বা মতমদুদা মতেং ওইদুনা লায়না হাপচিনখ্রবদি লায়েংবদা ৱানা থোকই।"

ডাক্তরনা ঐঙোন্দা হিদাক কাপ্না-কাপ্না লীথরকপা ৱারীনি। মখা তারকই – "দিনেবাবু! মীওইবগী পুন্সিসি মমল য়ামই। মসিবু য়োকপা ফৈ। হকচাং ফরিবা অমনা মানা নীংলিবা খিবিক তপ্ন-তপ্না মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙমই। হকচাংবু শোন্থহনখ্রবদি করন্না অনীংবা অপাম্বা লম্বীদুগী পন্থুং য়ৌনা চঙশিনবা ঙমগনি?

"ৱাখলগী লায়না হায়বসি অমরোমদা হায়রুরবদি মশা মতোমতনা মশাগী আত্মাবু আত্মাঘাট তৌহনজবগুম্বনি। মবমদি ৱাখলগী লায়নানা নারবা মী অমগী হিংনবা থবক নোন্নিবা হকচাংগী ইন্দ্রিয়াশিংদু করিমতা শোক্তে। অদুবু ৱাখল অদুনা নমহৎখিদুনা চাগনি থক্কনি হায়বা কাউথোক্কুনা থবক নোন্নিবা ইন্দ্রিয়াগী মচীঞ্জাক পীবা কাউথোকই। মখোয়না শোন্থরক্লবদা মখল-মখা অয়াম্বা মপানগী দিজিজ জার্মশিং অসি চঙলকই। অসুন্না ৱাখলগী লায়নাদগী মী কয়া-কয়া শিনরি। অদুবু তম্বা ঙমদে দিনেবাবু। মীওইবা হায়বা অসিদি দশাগী মনাইনি হায়দুনা অহল-লমননা হায়নরি। অদুম ওইনমক ঐখোয় ঐখোয়গী মমল য়ান্নবা পুন্সি অসিগীদমক ইশানা খরা যতন তৌজদুনা ফননবা অমসু-অমসু কায়দনবা হোৎনবা তাই। পুন্সি অসি মাঙখিবদা অমুক হন্নক্লরোই! হিংলিবা পুন্সি অমনদি করিগুম্বা মতমদসু নোংমতা ওইরবসু মীওইবা জাতিগী, লৈবাক্কী ফনবা থবক অমতং ওইরবসু পাঙলকপা য়ারি। অদুনা মীহাৎপশিং ফাওবা ফাঁশিগী দন্দিদগীদি জেলদা থমদুনা পুন্সিবু কনবনা

ফৈ খন্দুনা থম্লরি। দিনেবাবু হীদাক কাপ্লসু লোইরে। সে, তেব্লেটশিং অসি পুং ৬/৬ কান্নরগা অমমম চাবীয়ু। করিমতা চিংনবীরুগনু, করি থোইদোকপা তৌররোইদা।" ঐঙোন্দা গুলি ময়াম অমা পী। পোংচৈ লোইশিল্লগা – "অদুদি ঐসু য়ৌথ্রগে।"

"লেঙবীরসি ডাক্তর।" ঐনা খুমখি।

পাবুংগা মবান্নি তুংথা-মাঙথা থোকমিন্নখি। থোঙ কানথোক্লমদাইদা বিমলাদা – "ইবেম্মা ইবুংসু য়ৌরগে।"

"য়ৌবীরো তামো।" বিমলানা খুমখি।

ডাক্তর চংখ্রবদা ঐনা – "নহাকপু মাগা হান্না খঙনব্রা?"

মানা খুম্নকখি – " পাবুংচৌগী মচানি, ইবুংনি।"

বিমলানা ঈশিং গ্লাস অমা পুরক্লদুনা পীরে। হীদাকশিংদু মানা চাং নাইনা পীজরি। অহীং ওইরক্লদুনা ঐ তুমথরে।

নুমীৎ খরনি হৌখি।

হকচাং অসি খরদং ফরকপগুম খল্লি। ঐ হৌগৎতুনা মপান-ইপান থোকপা ঙম্লে। বিমলানা ঐবু তত্তনা শৈন্নে।

বিমলাগী মবুং অসি থোইদোক্লা ডাক্তরগী হীরমদা খঙ হৈরবা মীশক অমনি। মহাক্কী ব্রা ঙাঙবদসু উকিলগুমই। মীনা হায়নরি – "অফাওবা ডাক্তরশিংনা লায়েংবদি মাগী সাইকোলোজিকেল এডভাইসনা অনাবদুগী লায়না তঙ্খাই অমদি লায়েংখি। অদুগা লেমহৌবা তঙ্খাই অমনা হীদাক্লা লায়েংঙি" হায়না। মদুমক চপ চানা ঐঙোন্দসু থোক্লরে। ঙসিদি হকচাং অসি হান্নদগী শরুক চামা হেন্না নুংঙাইরবোই নীংলে। হকচাং অসি খরা ফারকপগা লোয়ননা ঐহাক মওল-মওল খনবা হৌরকখি। চীক্লবা ঐগী কাদা চঙদুনা

থোঙ লোনশিল্লগা ইতোমতা খল্লি। অসুম খল্লি – মেহরুবু উনরুদবা য়াদে। মহাক করম লেল্লমগনি? মাগী ৱাখলতনা ঙসি ঐনা ৱাখলগী লায়না পক্লবা মী অমা হায়বদু ওইরিবনি। মহাক্তবু উনবা ফংজরবদি ঐগী হকচাং অসি খংফ ফরগনি। মহাক্তবু ইনাক্তা পুরক্লগা থমজবা ফংলবদি হিংবগী মহয় য়াল্লগনি।

ফরে, ঙসিমক চৎলগে। মাবু শোয়দনমক পুদুনা লাক্লগে। লাক্তদবা খুদোংথীবা পূম্বা মায়য়োক য়ারগে।

ও! করিনো! ঐগী ওইথংবা পাম্বোম অসিনা অসুক চোংলিবা! উমঃ নাবা ফরকপগী থৱায়মি ফম্বা হায়বদুনি।

থুনমক ঐ ফি শেৎচিল্লে। ঐনা খল্লি অসুম . . . ঐগী পুন্সিসে ৱানা লেনগদৌরিমাল্লে।

# মাগী অরোইবা পাউদম

মথৌ চিঞ্জরবী প্রকৃতিগী নিংথম পাউজেল লোইরক্লদুনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয় লকানুংদা অনৌবা আশাগী ময়োল চোংনীংঙাই ওইরবা বসন্ত পাওজেল য়ৌরক্লমাল্লে। অনৌবা য়েন্নীংনা মালেম পুম্বা মালহৌনবা হৌরক্লে। মতম কুইনগী তুংদা চহীগী অনৌবা ফিজোল হোংলক্লে। তাইবং জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দসু অনৌবা আশাগী য়েন্নীং হুলহল্লি। চেক্লাশিংগী নিংথিজরবা সুর, অনৌবা য়েন্নীংগী পুক্কীং হূরবা শক্তম; হৈরাং লৈরাংগী ফুগায়না শাংতোরকপগী লৈনমনা মফম খুদিং শিন-থুংলি। মসিদা ঙাওয়োইদৌবা তাইবং জীব কনাদি য়াওরিগবা! অদুবু, ঐগী থম্মোয়দদি ওম্লেক্লা অন্নাবা হায়বদু ওইগ্রে উরিবা দৃশ্যশিং অসিনা।

মমাঙঙৈগুম ঐগী থম্মোয়বু মকা লান্না নোকউ হায়বা খক য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। য়েংঙু উরুবা দৃশ্যশিংনা ঐবু অহোইনদুম অন্না মৈচাক হাপ্লরে।

হে শাবী-শানৌশা! তাইবংগী নুংশি কৈথেল কারিবা! নখোয়সু করিগুম্বদা ঐগুম নীংবা কায়রক্লবদা ব্লাব্রা? পুন্সিগী যৌবন অয়ুক লাম্লেক্লবা তাইবংশা! ঐঙোন্দা অদুগুম্বা লম্বেল অদুতদি তাকপীরম্মু! করম্না নখোয়না

কায়ন-ঈচেলগী ময়াই কল্লবা ঈরৈদো লাম্লোকপগে হায়বলো, মদু তারগা ঐস্ অবা মৈচাকসে কোকপ্রা য়েংজগে।

অদুবু কনানসু ঐঙোন্দা তাকপীরদ্রে। কদায়দগী তাকপীরগদগে , ঐদি সমাজনা তুক্কচরবা মীৎয়েংনা য়েংলবনি। ঐগী অবা পোথাফম লৈত্রবনি। কাঙলুপ নাইবা, নিল খোংবনা মহৌশানা মীওইবা জাতিগী হৈনবী ওইরবসু ঙসিদি কায়না মৈচাক্তনা ঐবু তত্তনা নাইতোম তাবা পামহল্লি।

অহীংনি। ফাইরেন থাগী ৫ নি পানবা থাজ নত্তনা তাইবংবু কনানসু চেকশিন্না য়েংশিনবীদ্রে। অদুবু মহাকসু নোংচুপ চীংদোলদা চঙখিগদবগী মূনা-মূনা য়েংবা লাক্করি। মৈতৈগী থুঙ্গং কয়াদা লীক্লোল শান্নবগী মাইক্কী খোঞ্জেলনা অচীকপা অহীংবু থুগায়রি। চেক্লা কয়ানা তুম্বা কায়রদুনা উফেথক্তগী চে-চে খোংলক্লি। ঐসু হায়নখিবা মতুংইন্না মেহরুগী ইখোলনুংদা খোঙ থাংজিনবা হৌরক্লে। ঐগী ঙসিগী ফিভম অসি মমাঙঙৈগা পুমওন ওন্নবা মতৌনি। মীৎ পাম্মোন্নচিংবা অসি তত্তনা ফ্রং-ফ্রং চোংলি। অথাপ্পা খুঙ্গংদগী মপু নীংবা তাউবশিংনা কপ-লাউবগী খোঞ্জেলসু তত্তনা তারি। লমহূইগী য়াক্লবা খোঞ্জেলনা মতম চাদনা মায়কৈ মরি নিলহল্লি। অহীং চেক্লা মকুশিংনা য়াপলগী মরুমদগী কূ-কূ হায়না তত্তনা খোংবা হৌরক্লে। থেঙলবা অহীংসিদা মহাকসু ঐগীদমক্তা চেপ্লোরক্তুনা ঐগা উনরে। ঐনা নাশোন পীক্লা কৌখি – "মেহরু!"

মানা ঐবু চেৎনা কোনশিল্লকখি। ঐসু মাবু চেৎনা কোনশিনবীখি ইথানুংসিদা। থাবলগী মঙালনা ইবান্নিগী মায়খোঙদা য়ৈরি। মানা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকখি –

"দিনেদা। নহাক নারুরব্রা? হকচাং য়ান্না শোক্লা উরেনা।"

"চান্নবী, ঙসিত্তমক ফরি, হেক ফবগা নহাকপু উনবা লাক্লিবনি।"

"নশা অনুক য়ান্না শোক্লিঙেদা করিগী লাক্লিবনো। ফরবা মতুংদা চামরক লাকপা য়াইনা।"

"ঐনা নঙবু নোংমতং উহৈদ্রবদি লৈফম চাফম খঙদে।"

"অদুদি নহাক্কী পুন্সিদু করন্না লেনগনি?"

"হায়ফম খঙদে চান্নবী!"

"নহাক বিমলাবুদি লুনা তৌবীরব্রা?"

"করন্না নঙনা মাগী মমিং খঙলিবা?"

"নহাক্কী লুহোংবগী বার্ত্তোন্দগী।"

"কদায়, ঐগী লুহোংবগী বার্ত্তোন্দি . . .?"

"নঙনা নহাল হুন্দোক্লম্বনি। হায়য়ু – মাবু লুনা তৌরব্রা?"

ঐ খুম্ফম খঙখিদে। মীৎতগী পি তারক্লে . . . মানা ঙাইঙমদনা হায়রকখি – "হায়য়ু . . . মহাকপু লুনা তৌবীয়ু অদুগা ঐদি . . .!"

"হায়য়ু নহাক্কী করি?"

"মহাকপু লুনা তৌবীয়ু . . . ঐদি মফম খঙদ্রবীনি!"

"মদুগী অর্থদি –?"

"ঐবু লুহোংলগনি হায়রে . . . কুইদ্রে!"

"কনাদনো মেহরু?"

"নহাল ঐবু তান্নবা ডাকুদুদা . . .।"

"মেহরু, নহাক লুহোংবদু য়াউ। ঐগী আশা থাদোক্লো, পুন্সি লাইমন ওইনবনি।"

"করন্না ঐনা লুহোংগনি? ঐদি মৌনি। ঐদি নঙগীদমক্তা লেপন্নবীনি।"

"আশাদো থাদোক্লো মেহরু! নঙগী ৱাখলতনা ঙাওরবা ঐনি। নঙনা লুহোংখিদুনা নিংথিনা লৈরবদতা ঐনা পুন্সিসিদা পেঙ্গবা ঙম্রগনি . . . নহাক লুহোংবদু য়াও . . .!"

"ঐ লুহোংলোই! নহাক তারগা নুংঙাইরোই!"

"করিনো হায়য়ু! ঐনা তারগা নুংঙাইরোই হায়রিবদু!"

"মদু ঐ খক হায়দোক্লোই . . .।"

"তৌগনু মেহরু! ঐগী হকচাং তঙ্খায় অমদি নহাক্কি হায়বদাই, অদুগা হৌজিক্কা করিগী নপুক্নীংগী ৱা লোৎলিবা?"

"মতম অমদা ঐনা হায়দোক্কবসু খঙলক্কনি।"

"মদু ঙাইরগনু, হৌজিকমক হায়দোক্লো।"

"ঐ লুহোংবা ঙম্লোই দিনেদা! . . . মরমদি . . . ঐ অসি . . . নহাক্কী নুংশি খুদোল পুক্তা পুরবীনি!" মহাক হীক্লা হীক্লা কপখি।

ঐ ঙকপনা খম থেংখি! তাবদা তু খ্যাও চুংখি। ঐনা মাবু ইথানুংদা কোনশিনবীরগা মাগী মীৎতগী শীঙ্গুরক্কিবা পিরিকশিং তৈথোক-তৈথোক্লা হায়খি –

"অচুম্বরা মেহরু . . .!"

"অচুম্বনি!"

"কয়া কুইরবা?"

"থা অমা মপুং ফারম্লগনি!"

ঐহাক চমম্লনা ঙহাক খনখি। মঙোন্দা হায়খি – "নহালমখৈদি ঐঙোন্দা তাক্কবা?"

"নঙগী নীংবা কায়গনি হায়দুনা তাক্কবনি।"

"ফরে চান্নরবী। অদুদি নহাক চৎলসি ঐগা লোয়ননা হৌজিকমক!"

"কদায়দনো চৎকদবা?"

"কলক-য়েংথী লৈত্রবা, পুন্নমক অমতা ওইনা লৈমিন্নবা য়ারবা মফমদুদা . . .?"

"নত্তে-নত্তে! ঐ নঙগী নতুং ইন্দুনা চৎপা থক ঙম্লোই!"

"মরমদি?"

"নঙনা অদুম তৌরবদি নঙগী বিমলাদি মরা ফুব্রুবী উপালগুম হায়ফম খঙদনা অব্রা ঈপাক্তা ঈরাক্লগনি! নহাক কাউব্রা?"

"অদুদি নহাক লুহোংবসু লুহোংলোই, ঐগী তুংসু ইল্লরোই, নতোমতা শিজরগে হায়না খনব্রা?"

"ঐ ইতোমতা শিজবা ঙম্লোই। শিবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈজদে। ঐদি নঙগী নুংশি খুদোলবু চাউনবা য়োকহৌগনি . . .।"

"মেহরু মদু থক ওইবা য়াবা নত্তে! নঙবু ঙাওরব্রা? লাক্লো ঐগা লোয়ননা চৎলসি।"

"ঐ নঙগী বিমলাদা পাপ লংজরোই। ঐ থক চৎলোই . . .।" অসি হায়দুনা মমীৎতগী মপি মতৃম-মতৃম শীন্থরদুনা কপ্পা হৌরক্লে।

ঐনা মাগী মপিদু তৈথোকপিরগা হায়রুই – "কপ্লগনু মেহরু! ঐগী থম্মোয়বু অমুক হন্না অব্রাবা পীরগনু।" খুদক অসিমক্তদা ঐগী হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা তু খ্যাও চুংবমথৈ খপ-খপ চিংলকই। ওইগী মীৎ অসি অরেপ্পা লৈতনা ফ্রঙ-ফ্রঙ চোংলকখি। করি থোক্লগবা হায়দুনা মেহরুবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা থম্রি। ঙহাক নুংশি চিম্লোক্লরিঙৈ মখোয়গী ইমুংলোমদা ইরাঙ-লাঙনরক্লে। খুদক অসিমক্তদা মেহরুনা পাখৎনা হায়রকখি –

"নহাক চৎখ্রো, থুনমক মফমসি থাদোক্রব্রো!"

ঐনা খুমখি – "নত্তে মেহরু! নহাক য়াওদনা ঐনা খক মফমসি থাদোকপা ঙম্রোই!"

মহাক্কা হন্না-হন্না হায়জে। ঐনা শিখাং খাঙদুনা লৈখি। অসুন্না লাংনরিঙৈ তাঙ্গাসিমক্তদা মেহরুগী মপানা মখূৎতা নোংমৈ অম্না পান্নরদুনা মপান থোরক্লে। খঙহৌদনা ইবান্নিনা লৈরিবদু উথোকখ্রে। অয়ানকপা খোঞ্জেলনা লাওরকখি –

"মেহরু! মহাক কনানো?"

মেহরুনা মপাগী মখূৎতগী নোংমৈ অদো মুনবা লাক্করি। ঐসু উপায় লৈতনা মফম অদুদগী থুনমক চেনবা হৌরক্লে। খঙহৌদনা নোংমৈ কাপ্লকখি। ঐগী হকচাংদা পাল্লরে। ঐহাক জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা তুখি . . .!

ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঐগী হকচাং পূম্বা ঈনা পূমচোৎ চোৎলম্রে। ওইথংবা পাম্বোম মরক্তদা নোংমৈ গুলিনা পাল্লম্রে। তুম্মোই ঙামলোই হৌগৎলকপদা হন্ন-হন্না তুশিল্লে। নাপীরক্তা তারম্রিবা অহীংশিঙ্গানা অশোকপা অদুদা য়ৈবদা হন্ন-হন্না কাপশিল্লকপগুম খাঙফম খঙদ্রে। ঙমজবা পাঙ্গল পূন্নমক শিজিন্নদুনা তুরোই ঙাম্রোই ঐগী মামগী য়ুম্নদং য়ৌনবা চৎপা হৌরক্লে।

মামগী য়ুম য়ৌবদা ফনা থেঙলম্রে। মামা অমসুং ইনেনা ঐগী ইতৌ উবদা থাবাক য়ৈরদুনা হংলকই – "করিনো নুপামচা তৌরিবা মতৌসিদি! কদায়দা চৎলুবদা শোক্রক্রিবনো?"

ঐ খুম্বগী মহুৎতা ইনেগা মামগবু রা নমহন্নগা ঐবু নোং ঙানদ্রিঙৈগী মনুংদা য়ুম য়ৌনবা থিনবীয়ু হায়জরে। মামনা অমুক পম্বা তৌদনা ঐবু য়ুম য়ৌনবা থিনবীরকখি।

গীড়ীদা হীপ্ন-হীপ্না ঐনা তত্তনা নীংশিংলকখি মহাক্কী মপাউখোল – "ঐ অসি নঙগী নুংশি খুদোল পুক্তা পুরবীনি . . .!"

অহুমশুবা শরুক

# নুংগী মূর্ত্তিনা পি শিন্থুবা

অরানবা নুংশি শাজংকীদমক মপুনা পীবা দগুিরা? ঐহাক নুমীৎতুমক্তদা হোসপিতালদা লৌখি। ষ্ট্রেচর অমদা হাপতুনা ঐবু ওপরেসন থিয়েটরদা পুশিনখি। ডাক্তরনা হায়খিবদু ঐ কাবক-কাবক খঙহৌই "গুলি অসি এক্সরে য়েংবদা ইথ্রিঙ মরি মখায় লুনা চঙখ্রে। খরদং চোস্থরবদি হার্টতা অকায়বা থোরকপা য়ানা লৈ। অদুনা য়ারিবমখৈ থুবা ফৈ!" মাগী ষ্টাপতা হায়খিবনি।

লৈরমন্ত্রিবা ডাক্তর নর্স পুন্নমক মহৈ-মহৈ রা-লান অমতা ঙাঙনদনা মাগী-মাগী মথৌ তৌনরি। ঙহাক্তংগী মনুংদা ঐগী খুৎতা য়েৎতুন্না থিল্লকখি। মায়দা করি-করিনো উপশিল্লকখি। অদুদগী ক্লোরোফোর্মগী কল্লবা মনম অমনা ঐহাক করি ওইখ্রবা, জ্ঞান অদুম্মক তাখিদ্রে।

জ্ঞান তারকপদা মফমদু ইটীক চীক্রম্মী। মরক মরক্তা লোন্না তপ্না রা ঙাঙনবগী মখোলসু তাখি। মীৎ পাঙথোক্কে হোৎনৈ অদুবু পাঙবা ঙমদে। হকচাং অসি ইনম-নমবগুম ইপঙ-পঙথরি। নুপীগী খোঞ্জেল অমনা তপ্না কৌরকখি – "নুপামচা! ইমাই' ইবুঙো!" খঙহৌদনা নুংশিরবা লৈগী মনম

অমসু ফাওরকখি ঐগী নাতোনদা।

তপ্না-তপ্না মীৎ পাঙথোকপা হোৎনৈ। মশেন মরাং কনামতবু উবা, লাকশিনবা ঙমদে। ঐ তপ্ন-তপ্না জ্ঞান লাকখি। উবা ঙমলকলে মরূপ-মপাং ইমুং-মনুং ময়াম অমা ঐবু যৌরাংনা জ্ঞান তারকপা ঙাইদুনা লৈরম্মা।

হোসপিতালগী পেইং ৱার্ড রুম অমদা ঐ হীপ্লি। হকচাংদা হৌজিক্তা চৈনাখোল ময়াম অমা ফাওরকপগুম তৌরকখি। ওইথংবা পাম্বোম মরূদগী থবাক ফাওবা থারবা বেগুেজনা য়োমশিন্নম্মী। ঐঙোন্দা চৈনাখোল ফাওরকপগী মতৌদু উবদা নর্স অমনা হংলকই – "নাবা ফাওরকপ্রা?"

"হোয়! ঐগী হকচাংদগী ন্োংমৈ গুলি লৌথোকখ্রব্রা?"

"লৌথোকখ্রে। হৌজিক গুলিসিমতং চাবীয়ু। হকচাং য়াম্না থুনমক ফরগনি।"

লোয়ননা মানা গুলি অমা ঐগী চীন্দা থাদরকখি। ঈশিং চমচ অমা/অনীগা ইনবীরকখি। নর্সনা সেবা তৌরি। তিল্লমবা মরূপ মপাং অয়াম্বা ঐনা তেক্তা কায়দনা জ্ঞান তারক্রবদুদা মহৈ-মহৈ "মতুংদা লাক্রগে অমুক" হায়রম্রগা হন্নখ্রে। ইমাসু ঐগী চানা-থক্লবা শেম শারুগনি হায়দুনা থোকখি। কা অদুদা নর্সতুগা ঐগতমক মঙায়হৌরে।

পুং খরা হৌখ্রে। নর্সনা ঐগী পাম্বোমদা হীদাক অমুক কাপ্নকখি। অনাবদু খাঙদুনা ঐ মীৎ উইশিল্লি। মচি লেঙদনা হীপ্পা হায়বসিমসু অৱাবগী মশক্কি। ঐ হৌগৎতুনা ফমনীংবা ফাওরকখি। নর্সনা হংলকখি – "করি পীশ্বীবগে তাকপীয়ু।"

"ঐ অমুক্তা ফমগে হায়ববু –"

"লেঙবীগনু, অদুম্মক লৈবীয়ু!" অসি হায়রম্রগা মানা ফমুংগী লুখুমদা

চঙখিদুনা মরৈদু লৈখৎলুই। ঐবু হীপ্ল-হীপ্লা অদুম্মক ফমহল্লে। নর্সনা মখা তানা হায়রকই – "রাররুগা অমুক তাকপীরকউ।"

"থাগৎচরি সিষ্টর।" ঐনা খুমখি।

মহাকস্ চৎখ্রে।

অসুন্না হৌখি নুমীৎ ৪/৫নি।

ঙসিদি ঐগী অশোকপগী বেগুেজ কাইথোকপা নুমীৎনি। অয়ুক অঙনবদা ডাক্তর নর্সনচিংবা ময়াম লাক্লুনা ঐগী কাদা চঙলকখি। ঐনা – "গুড মোর্নিং ডাক্তর! গুড মোর্নিং সিষ্টর!"

মখোয় ময়াম – "গুড মোর্নিং! গুড মোর্নিং!"

"ঙসিদি অনাবসি করম-করম তৌরিবা হায়বদু অমুক্তং য়েংথোক্লসি। চীকপা খোৎপা পংলৈ লৈরম্লরোই হায়নদি খল্লি।"

"হোয় ডাক্তর। য়াম্না ফরে।" ঐনা খুমখি।

ঐগী থবায়সি তনিক-তনিকই। মরমদি মফম খঙদ্রবা, পুনশিন্দুনা য়োমশিন্দুনা থম্লিবা ঐগী হকচাং অদু করম্বা ফিভমদা লৈরমগদগে খনবদা হকচাং পূম্বা হুমাং অনপ্পী কাংখি। ডাক্তরনা পুল্লিবদু তপ্ল-তপ্লা থোকপা হোৎনৈ। ঐ হম্বনা য়েংলুই! হকচাং পূম্বা তু খ্যাও চুংখি! ঐগী থবাক ময়াগী শাংলবা ওইশিনবা য়ৌদ্রিবা থাঙফম অদু উরুবদা!

ডাক্তরনা হরাওনা হায়রকখি – "য়াম্না নিংথিনা ওইশিল্লম্রে! ঐখোয়দি অসুন্না ওইরক্কনি হায়বা থাবু থাজরুদ্রবনি। হৌজিক্তি করিসু চিংননীংঙাই লৈত্রে।"

ঐনা – "থাগৎচরি ডাক্তর।"

থুনমক নর্সনা অনৌবা হিদাক লাংথক হাপ্লগা বেগুেজ অমুক চেৎনা

পুনশিল্লে। ডাক্তর চৎখ্রে, মাগী ইগদবা রিপোর্ট ইরম্লগা। নর্সনা মতুং তাহৌবা সেবা-লাংবা তৌহৌরি।

হীপ্ল-হীপ্লা, ফম্ল-ফম্লা অনৌবা খবর কাগজ জর্নেল কয়া পাদুনা ঐ পুন্সি মরেলদু হৈনবা হোৎনখি। অদুবু মদুনা মপুং ফাবা নুংঙাইবদি থক পীবা ঙমখিদে। মরমদি ঐগী পুন্সিদি পাক-চাউরবা মলেম অসিদা মফম-মফমদা কোয়না চৎতুনা লেনজবা পুন্সিনি। ঙসিনা খবর কাগজগী পীক্রবা সংসারদা তাওদুনা কয়াবু নুংঙাইবা ঙমগদগে। ইতোমতা তুমিন্না লৈবা হৈনদ্রদুনা মথৌ চিনজরবী নর্সতুদা হংলুই – "সিষ্টর, মিংবু করি কৌবীবগে? ফনা কুইরে লৈরক্লিবসি। তুংদসু শকখঙ-মায়খঙননবা –"

মহাক মোমোন নোক্লকই। পোৎ-চৈ লোইশিন-লোইশিন্না খুম্নকখি – "ঐগী মিংবুরো, দাসীনি! অদোমগীদি?"

"হাইমা সিষ্টর! ঐগীসু খঙবীদ্রিব্রনে? পেসেন্ট রেকোর্ডিতা ইরমগনিদা!"

"সোরী! ঐ কাউথোকচরুরে।"

"হোসপিতালসিদা থবক তৌবীরকপা চহী কয়া শুবীরবগে?"

"চহী ৭/৮ বু হায়রম্লগনি।"

"অদুদি য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী –?"

"অহোয়! ঐগী ইমুং মনুংগী খুদোং চাদবা থরদগী ঐ থবক অসিদা চঙজখি। অদুবু শিনফমসি অম্‌রোমদদি তৌহৈবা নত্তেদা!"

"করিগীনোনে, ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে!"

"হায়বদি সমাজসিনা হস্নবা মীৎয়েং য়েংবী।

"হোয়, অদুবু করিগী অদুম্না থল্লুগনি? সমাজ হায়বসিদি মীনোক চাউবা মহৌশানি। অদুম ওইনমক নখোয় নর্সকুম্না পুকচেল চাউবীবু কদায়দা অমুক

লৈরমখিদগে?"

মানা নোক্লদুনা খুন্নকখি – "অদোম্নতা অদুক পংতাক তাকপীবনি।"

"অশেংবনি সিষ্টর, মমা-মপা, মরী-মতা ফাওবনা হঙ্গোইরবা, মীনা য়েংবদা তুক্কচবা পোক্লবা অনাবা কয়াবু ফননবা সেবা তৌরকপা অচম্বা থবক নত্তে। মসিদা কৎথোকপা হায়বা, মীনুংশি হায়বা চাউরবা গুণশিং অসি য়াওরি।"

দাসীনিনা চা শেন্ন-শেন্নদুনা হায়রকই – "ব্রাতা য়াম্না নুংঙাইকো! অদুবু ঐখোয়দি পৈশা ব্রালিনী। অদোম্নতা নুংশিবীদুনা পংতাক তাকপীবনি।"

ঐনা – "মিং হেক্তা কৌনসিদা! অদু-অদা কৌনরোইসি! হায়য়ু ঐগী মিং –"

দাসীনি নোকখি মোমোন – "জাৎ অমনিকো!" অসি হায়রগা ঐঙোন্দা চা কপ অমা লানশিল্লকই। ঐনা চাদু লৌরগা অমুক্তং চুপ্লদুনা হায়খি –

"অচুম্বনি সিষ্টর! ঐনা খনবদি নখোয়দি নশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা তানবা, খুৎশুমনগা অব্রামনগা খেন্নরবা শেনফম্নি। ঐনা মন্ত্রি ওইরম্নবদি নখোয়গী তলব য়াম্না হাপ্পীরমগনি!"

মহাক মপুক্লি তিংবমখৈ নোকখি। খুন্নলকই – "মতমদু ঙাইজবা তারেদনা, দিনেশবাবু খোয়না মন্ত্রি ওইরকপা!"

ঙাঙনা-ঙাঙনা নুমীৎ তাশিনখ্রে। ইমাসু লাক্লদুনা নর্সসু চৎখ্রে। অহীংদুমা লেন্নবগীদমক্তা ঐহাক তুমথনবা হোৎনখি।

অহীং অদু ওখাক ঈঙখি। ঈঙমন্দুনা মীৎকপ থোক্লক্লে। মীৎ পাঙথোক্লকপদা ইলেকট্রিক্কী মৈঙাম্না পুমঙান ঙাল্লম্নি। ঐনা তপ্পা

হৌগৎলকপদা উরে – বিমলানা ঈঙখ্রবা অহীং অসিদা ফি মতেক অমতং ইল্লদুনা ঐবু সেবা তৌরস্বদগী ব্লারদুনা ঐগী খোঙ ময়াদা লূকথদুনা তূমলিবদু। মশা তম্খায় অমদি ফমূংগী খূয়াদা খরদং হাঙলিবা মফম অদূদনি। মাগী তনৌরবী খূৎশাশিং অদুনা ঙসাই মখৈ ঐগী খোঙ নোইরস্বদগী ব্লারদুনা তূমথখিবদগী হৌজিক ফাওবা ঐগী খোঙ অদুম্মক পায়দুনা লৈরম্রি। মতৌ অদু য়েংবদা ঐ কয়াদা নীংঙম্রক্রবা। বিমলাগী শেংলবা থম্মোয় অদুগীদমক ঐ শোয়দনমক পাপ অমসু পুফম থোক্লবনি হায়না ইতোমতবু নিন্দা তৌজখি। অমুকসু উরি – পারবা ইনফিনা কুপ্লদা থুংহৈদ্রবা মাগী হকচাং কয়াৎশিংগী নিংথিরবা ফজরবা শক্তমশিং. . .। য়াম্রবা, মুরবা, শাংলবা শমলাংশিং অদুনা নীংখায়রবা শম্বুলদগী নাম্লোকতুনা মনীং তম্না চোইজায়নরি। মুরবা শম্লাংলক্তগী থোরকপা নুংশিরবা চেংহী মনম্না কা অদু শীনবা থুংলি। নীংথিরবী মাগী মায়থোঙদা তারিবা, মতম খূদিং অশাওবা পক্রবা মতৌ অদু উরুরগা ঐ কয়াদা নীংঙম্রক্রবা!

মীৎ-মাঙদা শং-শং অমুকসু উরি. . . মথোৎ কারকপগী কয়াদা নোয় পেল্লবা মাগী হকচাং কয়াৎশিংনো! মীৎনা তারুবা মফম খূদিং মীৎফম হোংবা য়াদ্রে। মাগী ঈ থাংনা ঙৌরবা কুচুদু থম্বাল চামনিপালগী অহুমশুবা লৈনাদগীসু হেন্না পান্না নিংথি।

মীওইবনা ফজবা পোৎপু উরগা কল্লকই। পামই। মাবু মশাগী ওইনিংই। ঙহাক্কী ওইবা ইন্দ্রীয়াগী অপাম্বা অদুনা নমহৎলকই। লৈপালদা শাৎলিবা লৈবু উরগা মীওইবনা কল্লক্তুনা থদৎপী, নোইহৎতুনা মাঙহনবী। করিগীনো, মাবু নুংশিনা অদুম্মক য়োকপীদুনা মীৎকী পেন্নফম, থম্মোয়গী নুংশিনফম ওইনা থম্বীদ্রিবদি?

মীওইবা! নওসে মীহৌ চাউমল্লি। অদুনা নশাবু নশানা শারমচৎতা হেক-হেক চৎহনবনি। অমরোমদা অমুক নুংশিবা মাগা অপাম্বা মাগসু কয়াদা খেন্নখ্রবা! কবি কয়ানা হায়রি – নুংশিবনা স্বর্গনি, অপাম্বনা মর্ত্তনি।

ঐনা খল্লে, – অসুক নীংথিরবী নুজা অসিনা ঐগীদমক্তা মহাক্কী মপুন্সি কৎথোক্নুনা ঐগী সেবা তৌগনি হায়দুনা ইনাক্তা লৈরবা ফাওবদা ঐনা করিগী পেল্লুদ্রিবা! খঙলে – নুংশিবা হায়বসে অঙকপা মায়ানি। অদুগুম্বা মায়া অদুনা ঐগী থম্মোয়বুসু খুদুম চনখিদুনা ঐনা ঐগী বিমলাবু হন্না য়েংনীংলুদবনি। ওসিদি কয়াদা নীংঙমদবা পোক্লবা! . . . খন্ন-খন্না মীৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে, নুংঙাইনা তুমলিবী মহাকপু ঈঙলম্নগনি খন্দুনা ফৈজুপ শুপ্লীগে হায়না হোৎনরুই। ঐনা খরদং লেঙলুবদুদা মহাক মীৎকপ থোক্লক্নুনা ফুক হৌগৎলক্লে অদুগা ঐবু হন্না য়েংখৎলকই। মঙোন্দা ঐ করিসু হায়বা ঙমখিদ্রে। অদুবু মানা ঐগী মীৎতগী তারক্লিবা পিশিংদু য়েংলগা হায়রকখি –

“ইবুঙো! ঐ লৈদুনা নহাক্কী তুম্বা কায়খ্রমাল্লে; হীপথবীয়ু; হকচাং অদুসু য়াম্না শোল্লিবনি . . . ঐ মপান্দা লৈজরুগে। . . . ইমাসিসু নোংবু ঙানদ্রিঙৈনা য়ৌরক্লগনি!”

মাগী ব্রাহৈশিং অসিনা ঐগী থম্মোয়দা হন্ন-হন্না নীঙমদবগী চৈনাখোল থারম্লে। ঐ করিসু হায়দোকপা ঙমখিদ্রে। লৈয়েং ফাইরবা মীগুম ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈরে। হায়ন-হায়না বিমলা থোঙ ময়া য়ৌখিদুনা থোঙগী পুনা শৎতোকপা লাক্লরি!”

খঙহৌদনা ঐনা কৌথোকখি – “বিমলা!”

মানা পায়রম্লবা পুনাদু থাদোক্লদুনা খুম্নকখি – “করি তাকপীগদবা?”

“কদায়দনো থেঙলবা অহীংসিদা! লাউ ঐগী নাক্তা!”

"ঐবু অমুক হঙ্গোইবীরোইদ্রা?"

হন্দক্কী মহাক্কী বাহৈশিংসিনা ঐগী মীৎতগী খাম্না য়াদ্রবা অশাবা পিগী ঈরিকশিং অরৎপা লৈতনা শিন্থহল্লে। ঐনা খুমখি – "বিমলা, ঐবু অমুক হন্না ইকায়বা পীরগনু! ঐ অসে নহাক্কী নফমদা মায়থীরবা মীশক অমনি। নহাক্কী নফমদা মশীং খঙদনা ইরাল লংশিঞ্জরবা মীশক্নি। ঐগী ইরালশিংসে নহাক্না ঙাকপীদ্রবদি কনানা অমুক ঙাকপীখিগনি?"

হনগৎনা য়েংখৎলুবদা মাগী মীৎতগীসু অরৎপা লৈতনা পি শিন্থরম্মি। থাওমৈগী মৈঙালনা য়ৈবদা মহাক্কী খজাই নাপোম অনীদা চেক্লক্লিবা পিগী মরীকশিং হিরা মণিমুক্তানা পরেং-পরেং শিন্থরকপগুম্মি।

নীংঙমদবনা থল্লবা থম্মোয়সিনা মঙোন্দা অমুকসু হায়রক্নি – "লাউ বিমলা, ঐবু অমুক ৱাহল্লগনু ঐবু ঙাকপীয়ুনে বিমলা!"

মহাক্না কপ্পা ৱানা থিংলদুনা হায়বকখি – "পাপ চেল্লবী তোল্লবী ঐগী ইরালসিবু নহাক্না ঙাকপীরগদ্রা ইবুঙো?"

বিমলানা ঐবু হন্ন-হন্না ইকায়বা পীরকপগুম থোক্লে। ঐনা খুমখি – "পাপ চেন্দ্রবী নঙগী করম্না নরালগীদমক ঐনা ঙাকপীগদৌরিবনো বিমলা! লাউনে সিদা, ঐবু অমুক ৱাহল্লগনু।"

বিমলা তপ্ন-তপ্না চঙশিল্লকখি। ঐগী ইনাক য়ৌরক্লে। ঐনা বিমলাগী মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ঐগী নাক্তা ফমহল্লে। মহাক্না ঐবু মুন্না য়েংলম্লগা মরু লৈদা লুকথখি।

ঐনা হায়খি – "বিমলা, অহীং অসে থেঙলে, তূমলসি।"

"পোত্থাবীয়ু ইবুঙো, ঐহাক সেবা তৌজগে।"

"বিমলা। ঐদি নাবা ফরবনি . . ."

"অদু ওইরবসু . . ."

"বিমলা, নওনা ঐগী ইরালবুদি ঙাকপীয়ুকো।"

হায়নরুব্বা লৈতনা ইবান্নি য়েংনরম্বদগী চেজেং কোনশিন্নখি। ময়াই কারবা রাখলনা মাবু কল্লক মীহৌরুরে। কোনশিনবতনা পেনবা ঙমলকত্রে।

অদুবু লংনা ঙাল্লিবা ইলেকত্রিকী মৈঙালদুনা ঐবু লক্কবগুম থোকখ্রে। মথ্বায় পান্দ্রবা করিসু হায়জবা ঙম্ররোইদবা মাবু ঐনা ইকায়রুরে। বিমলাবু চেংনা কোনশিল্লুবদগী থাদোক্লগা ঐনা মাগী চীক্লবা নাপ্পদা লোন্না হায়রুই – "থাওমৈ মুত্থৎলুচো! বিমলা, বিমলা!"

মানা ঐবু কোনবা থাদোক্লম্লগা থাওমৈ অদু মুত্থৎলুরে।

কা অদু অমম্বদা তিনখ্রে। বিমলানা মার-মারদুনা ঐগী ইনাক তান্না লাকখি।

নুংহোংবগী অহীংদি ঐগী য়ুমদনি। পুন্সিগী অহানবা মিলনদি হোসপিতালগী চীক্লবা পেইং বৃডি রুম অমদনি। খঙহৌদনা নোং ঙাপ্পোরক্কুনা ইমানা থোঙনাওদগী উথোকখ্রে . . . মহাকসু থুনা য়াঙনা হন্দোকখ্রে . . .!

ইসঃ ইকায়খ্রেদা . . .!

# সমাজবু কিদুনা লোৎখ্রবা মেহরু

নুমীৎ খরনি লৈরগা ঐহাক য়ুমদা হল্লক্কে। মমাঙঙৈগা ইখেন-খেন্নরবা ঐগী ৱাখল অমদি শাজৎনি। বিমলাবুসু মমাঙঙৈগুম থীনা তৌবা তোকথোক্কুনা লুনা তৌরে। ঐগী অওনবা ৱাখল খীবিকসি উরগা পাবুং অমসুং ইমাসিগী মায়থোঙদা হরাওবগী মমি তারি। নারুবা ফরকপগী হকচাং অসিসু হায়ফম খঙদনা নোয়রে।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা।

লৈকোলদা অরাম চৌকি অমদা হকচাং কোন্না পোত্থারি ঐ। খবর অসুম পারম্বদগী সিচুয়েসন ভেকেনগী কলম অদোমদা পুক্নীং থিংজিনখি। মদুদা য়াওরি – মণিপুর পুলিস সার্ভিসকী ইন্সপেক্টর, সব ইন্সপেক্টর খরগী অহাঙবা ফম। ইশানা পুলিস সার্ভিসপু পামজরুবনা ঐসু ইন্তরভিয়ু অদু য়াওগে হায়না খল্লিঙৈ, মরূপ রমেশসু থুংলখি। কয়াদা লাইবক ফরবা। মাদি হান্না পুলিস ইন্সপেক্টরগী ফম পায়খ্রবনি। মাবু হেক উবদা হরাওনা কৌখি ঐনা – "গুড ইভিনিং মাই ডিয়ার ফ্রেণ্ড। লেঙশিনবিরকউ-লেঙশিনবীরকউ।"

"গুড ইভিনিং, মাই ডিয়ার। ঐদি অথাপ্পদা লৈরুদুনা করিমতবু তাখিদ্রে। নাবদি ফরম্রেদনা। পাউ হেক তাবগা লাক্লিবনি, ৱারৌবা য়াদে।"

"হৌজিক নীংশিংবীরক্লিবসি ঐগী লাইবক কয়াদা ফত্তবা!"

বিমলানা চা পুথোরকই।

"হায়মা! তামো রমেশ!" বিমলানা কৌরকই। "কৈদৌঙে থোরকই?" মখা তানা হংখি।

"ঙসিদা থুংলবনি, হেক্তমক য়ৌশিল্লক্রবা।" রমেশনা খুম্মলকই। মখা তারকই মাগী ফাগীদু – "ঙাইখো, নবান্নিবু চান্নরব্রনে বিমলা?"

বিমলা ইকায়দুনা মমায় লৈথোকখি। খুমলকখি – "তামোগী মরূপতুদা হংবীয়ুদনা?"

"অওইবনি! তাংদু অমুক্তংদি নোৎ তৌশিলহৌবা কান্নগনি। মন্ত্র ওইনা শিজিন্ননবা!"

ঐখোয় অহুম ব্রা লাউনা নোকমিন্নখি।

বিমলানা শেন্নবা চাদু য়েল্লকখি। ফনা কুইনা ঐখোয় অহুম চা থক্ল-থক্লা নোকমিন্নখি, হৌত্রবা কয়াগী নৌহৌ ব্রারীদা।

মতাং চানা ঐনা ঙসাইগী খবরগী কলমদু রমেশতা য়েংহনখি। মানবু হৌদোক্লকই – "রাইট! ঐনা মরু ওইনা লাক্লিবসি মসিগীনিনে। নহাক শোয়দনা ত্রাই তৌদবা য়াদবনি। ঐসু ঙম্বমখৈ পাংজগনি।"

ঐনা – "অদুদি মরূপ, পুন্নমক মরূপপ্না ফনবা শীনবীরো!"

"ফরে মরূপ! ঐ থবক য়ান্না লৈহৌরি। য়ুমসু ঙহাক য়ৌনীংই। মমাঙঙৈঙুম পংশং শংদ্রে। ঐ হয়েং অমুক মরোল পুন্নমক খঙদোক্লগা লাক্লগে। চৎলে। বিমলা, য়ৌরে।" থুনা য়াঙনা চৎখি।

নুমীৎ তাশিল্লক্রদুনা ঐখোয়গী কাদা চঙলক্লে। বিমলা নুংদাংব্রাইরমগী মথৌ চিল্লি। কা অদুদা চীক্লা ইতোমতা পাবা লোইহৌদবা খবরগী লামায়

হাংদোক্নুনা য়েংথৈ। অঙকপা ৱাফম অমগমুক -

"মী মাঙখ্রে -

হৌখিবা ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ২৮ দগী মুসলিম নিঙোল অমা মফম্ খঙদনা মাঙখ্রে। মহাকপু কনাগুম্বনা থেংনদুনা পুবীরক্লবদি মদুগী মতীক চাবা অৱামন কৎচগনি। নুপীমচা অদু মরেপকা মঙালগা মরেপ্না হেল্লি। ফুট ৫ খরা হেন্না ৱাংই। কুচু ঙৌই মনাতোন তুমই। মশম ফৈ . . .।"

করিনো! ঐগী হকচাং খঙহৌদনা শোন্থবকখি। পাবা লোইরমদনা ফুক হৌগৎখি। খনখি - মান্নি! মহাক শোয়দনমক্কী ঐগী থম্মোয়গী মেহরু ওইরমগনি। মহাক্না মফম কদায়দা চৎলিবা? পাঙ্গল শোল্লবী, কিজন থীরবী মহাক্না কদায়দা চৎলিবা? তমথীরবা সমাজগী মীনোক মৈশাবু কিজরদুনা লোৎখ্রবা? খনফম খঙদে। কোক অসি ঙাওরকখি। ৱাববা থম্মোয়সিনা মহাক্কী খোঙ্গুল লীনীংলকই। অদুবু কদায়দনো ঐনা থিরুগদবা!

মান্নি! হায়রিবা নুমিৎ অসি মাগী মপানা ঐবু নোংমৈনা কাপখিবা নুমীৎতুগী মথঙগী নুমীৎনি। সমাজ খঙহনবা য়াদ্রবা লুম্নবা পোৎলুমদু পুদুনা মহাক চৎখ্রবনি! ঐনা শোয়দনমক মহাকপু ফংনবা থিগনি।

ঐহাক য়ুমদগী মপান থোরক্লে। মহাক্কীদমক ঐহাক অসে অসুক য়াম্না খুদোংথীবা নংলবনি। শিরুবদগী ফাওবা নাম্ভেক্রবনি। অদুবু ঐনা মাগী মফমদগী ফংবা অৱা চৈনাখোলশিংদো করিসু নাচুংবীরুদে। মদুগী মহুৎতা অহোইনদুম মহাক্কী ৱাখলনা লৈফম চাফম খঙহন্দে। পুক্নীংদা চপ য়ুংনা মহাকপু থিরুগে হায়না খল্লদুনা ঐহাক মপান থোরক্লে। নুমীৎ কয়ানিমুক মহাকপু থিরুরে। অথাপ্পা চীংলোন কয়া লাল্লুরে। নারক মোংশোং কয়া ফাক্লুরে। অদুবু লোৎকে হায়না লোৎখ্রবী মহাকপু ঐনা কদায়দগী থিবা

ফংলুগদগে! থম্মোয়সে পুঙমদনা নুংশা স্বর ফৃয়না-ফৃয়না হোন্নদুনা ঐ য়ুমদা অমুক হন্নক্লে।

রমেশনা ঐগীদমক্তা কন্না হোৎনবীবদগী ঐ পুলিস ইন্সপেক্টরগী ফম অমা ফংলে।

থা খরা হৌদ্রে।পুন্সিসে খঙহৌদে শৎ-শৎ হৌজিনখিদুনা ঙসিদি ঐনা ঐগী মেহক্রুবু কায়নখিবা থা ৬/৭ হায়বা য়ারক্লে।

থৌ চিন্নবা পুলিসকী থবক্তা ঐবু ঙহাক্তা পোখাহন্দ্রে। অহাঙবা মতম্না মফংদ্রবদা ঐ অতোপ্পা লম্ফাংগী রাখল থন্নুবা ঙমখিদ্রে। অমরোমদসু মতম কুইখ্রবা, নোংমতসু মরা মপাউ তাখিদ্রবা, অমুক্তা মশক উনবা ফংখিদ্রবী মেহক্রুবু, মতম অমদা ঐগী থম্মোয়দা মাগী নুংশি মূর্তিনা তত্তনা ওৎলম্রবসু ঙসিদি অকাউশিংদা চনখ্রেদো! মাগী নুংশি শক্তম ঐগী থম্মোয়দগী নোংম-নোংমগী মমি শাম্রক্লে! নীংশিংবদা য়ানা থোক্লক্লে! অদুবু কাউঙমদ্রবা থৌদোক কয়াবু অমুক-মুক নীংশিংলকপদদি থম্মোয়সি খাঙঙমখিদে, শেৎ-শেৎ কায়খিগদৌই। ঐনা খনখি – মহাক্রুম্বী ওইনা চাউবী, মীরক তিনজদ্রবী, ইকায়খীরবী অমনা হৌজিক্কী নোক্লা চাউরবা সমাজগী মরক্তা হিংদুনা লৈরমগদবদু থাজবদা খরা য়ানা থোক্লে।

খনখি অসুন্না কয়া! কান্নদ্রবা রাখল ময়ামসি থম্মোয় লাইমন ওইনবনি খল্লকখি। মমৈথংদা মাগী রাখলবু থম্মোয়নুংদগী পুমথা থাদোক্লগে হায়না খনবা হৌরক্লে।

# অঙাওবী অদু

মনিপুরগী মফম খুদিংমক্তা হোষ্টাইলশিংনা পুমচাই চাইরে. . . চীংমীশিংনা লাল হৌরক্লে। মফমদুদা মী অদুক শিহৌরে . . . থোংদু থুগায়গদবগী হোৎনরিঙৈদা মী অদুক ফায় হায়য়ে . . .! অসিনচিংবা।

য়াফমশিং অসি অনৌবা নংলক্লে । কৈথেল কাবী, সরক চৎপা – হোটেলদা নুমীৎচুপ্পা য়ারেম য়াচোয় ঙাঙগনবা মীশিংগী নোংমগী য়াহৌদোক্নি। মখোয় মশেল ঙাঙনৈ শক্লে য়েৎনৈ। অউবা অখঙবদি অমতা য়াওদে। অদুবু পুন্নমক্না থৌদোক য়াথোক্তুদা মশামক য়াওরুবমুক মরিক চুন্না মান্না তগ্রে।

অদুম ওইনমক মতম অসিমক্তি সরকারগী সেক্যুরিতিশিংগী মথৌ য়ান্না চিনজবা মতম্রি। মীনা ঙাঙনরকপা য়াফমসি অচুম্বা থরদি ময়াওই। অদুনা হায়নরিবনি " নুংশিৎ শীৎতনা ঊনা লেঙবা হৌনদে" হায়না।

হোষ্টাইলশিংনা মফম খুদিংমক্তা চাই-চাইদুনা মখোয়গী খুদোংচাবা লৌবা হৌরক্লে। লম্বী-সরক অসি অহীং-নুংথিল থায়দনা মিলিটরি গাড়ীনা বং-বং থৌরি। লানগী থৌরাং তৌরি। মতমসিদা নোংমা ঐঙোন্দা এস, পী, দগী মেসেজ অমা থুংলখি। য়াফমদুদা হায়রক্লিবদি ঐহাক থা অমা অনী শুগ্নুদা লৈরুবা তারি।

চিঠি হেক ফংবগা ঐহাকসু থীন্নবা তৌদনা ঐগী বেডিংনচিংবা লোইশিনবা লাক্করি। বিমলানা ঐগী ফি-রোল লোইশিনবীরি। ঙহাক্কী মতুংদা রমেশসু থুংঙরে। মহাকসু ঐগা চৎমিন্নগদবনি। থৌরাং পুম্নমক লোইরদুনা ঐহাক ইমা পাবুং অমদি বিমলাদগী বিদাই লৌরে। গাড়ীদা কাখৎলে। ঐখোয় মতম খরগীদমক শুগ্নু মায়কৈ পাংলক্নে। চৎন-চৎনা চুরুট মচৈ অমমম থক্লগা রমেশকা ইবান্নি ৱারী শানৈ –

রমেশ – "দিনেশ, নঙদি লাইবক ফবনিনা থারা নালা ফংগদবা কুইদ্রেদনা!"

"ঈশ্বরগী নোংদন্নি মরূপ!"

"থাবু কয়া হায়রক্লবগে?"

"থা . . . হন্দক্কী ওক্টোবর অসি লোইরবদি নিপাল শুরন্নগনি খল্লি।"

"মরূপ! ফজরবা নচানুপা অমা ফংজরো!"

"ঈশ্বরগী নোংদন্নি মরূপ।"

"নীংবু নীংলবদি শোয়দনা থুংলগনি . . .।"

শুগ্নু য়ৌরে। ইবান্নি কুমথরে। অতে ফোর্স কয়ামুকসু লৈরম্রে। মখোয়না টেন্টনচিংবা খন্দুনা লৈফম শেম্রে। টেন্ট শেমই হায়বদু মঙায়, কনা অমতসু টেন্ট মনুংদা মীৎকুপ অমফাওবা পোথাদুনা লৈবা শংনদে। মহৈ-মহৈ মাগী-মাগী মথৌ শীন্দোক্লদুনা অথাপ্পা মফমদা চৎতুনা ডিউটি লৌনরি। নুমীৎ কয়ানিমুক নীংথিনা তৃষ্ণম চাফম খঙদনা হৌখি। নোংমদি ঐহাক নাপীরক্তা তৃমথখি ৱারদুনা। লমহাংদুদা, য়েক্লবনা শৌ শারবা মফমদুদা ফনমক তৃন্নীংদুনসু কয়াবু কুইনা তৃমথবা য়ারুগনি। ঙহাক্কী মতুংদা ঐ মীৎকপ থোক্লকখি। হৌগৎতুনা ফম্রে। শুগ্নুগী নীংথিরবা দৃশ্যশিংদু য়েংলি।

প্রকৃতিগী মহৌশাগী ফজবশিংগী মরক্তগী শুগ্লুসু অমনি হায়বা য়াই। মরমদি মফম অসে মীওইবগী খুৎশেম থোইনা চণ্ডদ্রি। প্রকৃতিগী মশানা পীথোরক্লবা দৃশ্যলক্তা খীৎ নম্না হৌবদি উচান পাম্বীনি। অনকপদা অথাপ্পদা য়েংখি-য়েংখিবা খুদিংদা উচান পাম্বীতনা পরেং-পরেং লেংখ্রি। চীংগী চীংমায়দা হৌরিবা উচান পাম্বীশিংদুগী মনম্না, মফম অদুদা শীৎলিবা নুংশিৎপুসু থোইদোক্লা মনম নুংশিহল্লি।

মফম-মফম খুদিংদা চীংগী চীং ঙাক্তনি। লৈতেম মাম্নবা মফমদি থোইনবু উবা ফংদে। তম্পাক লৈরিবা খরা অদুদা পীক্ল-পীক্লা য়ুম কয়াসু তারি। নুংশীৎনা অমু মুক শীৎলকপা মতমদা ঈশিং ঈরাওখোলগুম ৱা-ৱা লাউবা খোঞ্জেল তত্তনা তারি। মতম লৈবা খিবিক্তা চীংথক্তগী চেম্ব্রকপা ঈশিংচাইবীগী খোঞ্জেলগুম ৱা-ৱা হায়বা উচান অকংবা মনাশিংনা তারকপগী খোঞ্জেলতনা মাযকৈ খুদিং পুমনিল নিল্লি। অহাঙবা চীংমায়, অহাঙবা তম্পাক মফম খুদিংমক অকংবা উচান মনাতনা কুপ্লি।

অসুম্না শুগ্লুগী ফজরবা দৃশ্যদা পুক্নীং লুপ্লিঙৈদা অঙাওবীগী শকফম মাল্লবী মতম কুইনা চাদা-থক্তবনা ফিভম কায়রবী, কুইনা হাৎপীদ্রবা শম্নাংশিংদুনা ইচাই চাইরবী নুপী অমনা য়াম্না শোম্নাংননা হায়রকই – "পুকচেল চাউরবা সিফাই! নহাক্লা চানবীরবদি ঐঙোন্দা ঈশিং খরতা পীথক্লমউ। ঐনা ঐগী পুন্সিদা মদুগী লমন কৈদৌনুংদা কাউরোই!" ওম্নোক্লা নিংঙমদ্রবা ৱাহৈনি।

ঐহাক্লা খুম্বা তৌদনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলদুনা ইনাক্তা তারিবা থর্মো-ফ্লাস্ক্রতু পায়থৎতনা লৈরিঙৈদা অমুক্তা হায়রকখি – "পুকচেল চাউরবা, থিল্লগনু! ঐগী থৌরাংবসে অমুক্তা কোকহল্লো। থৌনাও অসি খ্রক-খ্রক কংগ্রে!"

মহাক্কী ঙাইঙমলবা রাহৈদু তারগা ঐনা মাক্সত্তু হাংদোক্লুনা থুনমক মাগী খৌরাংবদো কোক্লনবা মাগী মথূৎতা ঈশিং হৈথরে। নুপী অদুনা ঈশিং অদু থক্ল-থক্লা মমীৎতগী মপি চদুম-চদুম শীম্পবা হৌরক্লে। অদুগা ঈশিং থকপা লেপখ্রে।

ঐনা হংখি – "ইমা! নহাক কনানো? উমং অসিদা কৈদৌরিবনো। পাক চাউরবা সংসার অসিদা নঙগী চঙজফম লৈত্রব্রা?"

নুপী অদুনা খুম্ন তৌদনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা মমীৎতগী অরৎপা লৈতনা পি শিম্লরদুনা হায়রক্লমই – "মতম অমদা নহাক্কী খৌরাংলবা থম্মোয়দুনা পেনখিবঙুম, ঙসিসু ঐগী থম্মোয়সে নহাক্লা পেলহল্লে। . . . নহাক রারৌগনু, নপূক্সিদা মঙ্গোল ওইয়ু!" অসি হায়রল্লগা নুপী অদো নীংবা কায়না ঐগী মীৎয়েংদগী নোংলৈগুম খঙহৌদনা মাঙখ্রে।

লংজিন ফংদ্রবা ঐগী থম্মোয়সিনা মহাক্কী অরোইবা রাহৈশিংদুগী অর্থ খঙবা ঙমখিদ্রে। মীৎ কুপ্তবমখৈ মহাক্কী মায়কৈ য়েংলি। হায়ফম খঙদ্রবা থম্মোয়সিদা মশেন-মরাং তৎতনা ওৎলরি। অদুবু মহাক্কী রাহৈশিংদুগী অর্থদি ঐনা খঙবা কৌবতা লৈখিদ্রে।

অহীং ওইরক্লদুনা তুমথনবা লাক্লরে। তুম্লমদাইদসু ঙসাইগী ঈশিং নিথিবী অঙাওবীদুবু তৎতনা উরকপগুম তৌথি মীৎমাঙসিদা। তত্তনা তারকপগুম তৌথি – "মতম অমদা নহাক্কী খৌরাংলবা থম্মোয়দুনা পেনখিবগুম, ঙসিসু ঐগী থম্মোয়সে, নহাক্লা পেলহল্লে . . .!"

খন্ন-খন্না তুমথখিবদা ঙসাইগী নুপী অদু অমুকসু লাক্লে। অদুগা হায়রকখি – "দিনেদা! ঐবু খঙদ্রব্রা নহাক?. . . খঙলরোই, ঐদি সমাজগী য়াক্লবা

মরুভুমিদা ওন্ন-থোইনা খাঙবদা কাথেক্লবা ঐগী শকফন্নি। মুন্না য়েংলগা অমুক্তদি হায়য়ু, কনাবু নীংশিংবগে? কনা মানবগে?”

ঐনা নুপীদুবু মুন্না য়েংলগা হন্নাওবগা লোয়ননা “মেহরু!” হায়না খংকৌ কৌখি। মাবু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিনবীখি। মতম কুইনা মাঙলুরবা থম্মোয়গী মণিবু ইখূৎতা অমুক লায়না ফংলবদা ঐনা কয়াদা হন্নাওখিবা!

ঐনা শাওনা হায়খি – “মেহরু! থম্মোয়গী মবেম্মা! নঙদি ঙসাইনা ঐঙোন্দা তাকপদি কৈদৌই . . . ঐদি খঙলুদ্রে! ঐবু ব্বারৌগনু! লাকও চৎলসি ঐগী য়ুমদা!”

মানা কপ্লদুনা হায়রকই – “ঐবু চৎসি হায়গনু, নঙগী বিমলাবু লুনা তৌ। মাবু ঐগুন্না নুংশিবীয়ু। – মহাক অদো ঐগা অমতনি . . .!”

“তৌগনু মেহরু! লাক্লোনে চৎলসি!” অসি হায়দুনা ঐনা মাবু কন্না চিংবা লাক্লরি।

রমেশনা থেঙলে হায়না হকচাং নোম্রদুনা হৌদোক্লকখি। ঐ মীৎকপ থোক্লে . . . ঐগী ইনাক্তগী ঐগী মেহরু মাঙখ্রে।

থুনমক সিফাই ময়ামগা লোয়ননা মায়কৈ থুংনা চাইথায়দুনা ঙরাংগী নুপী অদুবু থিহল্লে। মায়কৈ খুদিং, মফম খুদিং থিরুবদসু অমুক হন্না মহাকপু ফংবদি মরৈখিদ্রে।

ঐনা মাগী অরোইবা ব্বাহৈশিংদুগী অর্থদু নীংশিংবা হৌরক্লে। মতম অমদা মঙোন্দগী ঈশিং নিখি . . . ঐগী খৌরাংবা কোক্লবা . . . শোইদে . . . অঙাওবী অদু ঐগী থম্মোয়গী অমতা ঙায়জরবী মেহরুনি।

# বিমলাগী মচা

ঙসিগা থানা ঐনা মফম অসিদা লৈরক্লিবা থা অমা মপুং ফারে। নোংমনিনীদং য়ুমদা চৎকে খন্দুনা ছুটি লৌদুনা য়ুম্রোমদা লাকখি।

মেরা থাগী লোইরমদাইহিনি। চহীগী অরোইবা নোংনা নোংখোঙ ফুন্না চুবা হৌরক্লে। মায়কৈ খুদিংমক পৃম্মম মমনা হৈথরক্লি জম! জম!, রা! রা! পাৎতুরেল, খোংবান-লুক্লাং, মফম খুদিংমক নোংগী ঈশিংনা অনৌবা ঈনোৎ হাপখ্রে।

মতম অসি মীদি লায়রদুনা শা-ষণ, হুই-হৌদোং, উচেক-ৱায়া ফাওবা ঙহাক্তা খোঙকাপ অমতং ফাওবা কাম্লেক্লবা তন্নরবা মতম্রি। ঐসু ঐগী কাদা ইতোমতা চীক্লা ফম্লদুনা লৈরি।

ঙহাক লৈরগা ইমুংলোমদা ইনিল-নিনবা খোঞ্জেল অমা তারে। ইমানা ঐবু ঙহাক্তা লাকউ হায়না কৌরক্লে। ঐসু তপ্ন-তপ্না করি তৌরবনো হায়না চঙখিবদা বিমলা মশা ঙমদ্রে হায়রদুনা লৈরম্রে। মহাক অঙাং উনগদৌরে হায়বা খঙলে। ঐহাক হৱাওবনা হায়ফম খঙদ্রে অদুবু থংনবা মীৎকৃপ্তা অমুক চিংনরে, মরমদি মহাক মকুম মথা শুগদবা য়াম্রা ৱাৎলি। খুৎ থেক্লুনা পাবদা

থা ৮ তমক মপৃঙ ফাত্রি। মাপল চঙলকপা হৌরকপদা মঙাইরি। কমদৌবা জাৎনো? – অদুবু থীস্থবা য়াবা নত্তবনিনা ঈশ্বরগী মফমদা অফ-ফত্ত পৃন্না শিন্নরম্রেগা ঐ বিমলাবু গাড়ীদা হাপকৎতুনা হোসপিতাল তান্না লাক্লে।

ডাক্তরশিংনা মহাকপূ চাবোকশঙদা পুশিনখ্রে। ঐহাক ঙাইঙমদনা মপান্দা হঙৎ-হন্দা চৎতুনা মতম লেপ্লি। ঙহাক নৈরগা নর্স দাসীনি ৱার্ডলোমদগী থোরকখি। ঐবু উবদা ঙক্না হংলকখি – "দিনেশবাবু, কুইনা উরুদ্রে, করি লৈবীবগে?"

মঙোন্দা মরমশিংদু হায়খি। মহাকসু মদু পুন্না খঙলবা মতুংদা মৈটরনিটি ৱার্ডতা চঙখি। ঐহাক ঈশ্বর নীংদুনা মতম ঙাইখি।

নুমীৎচুপ্পা তারন্না নোংসু হাংলক্লে। হৌজিক মীৎ-মায় পাঙবা খরদং য়ারে। খঙহৌদনা নুংশাসু থোরক্কুনা মহৌশাগী সংসারদু অমুক্ক হন্না মতৌ মান্নে। ঐসু চুরুট মচৈ অমা থক্কুনা গাড়ী মনুংদা ফমদুনা লৈল্লি। অসুম-অসুম হৌখিদুনা পুং ৪ রোম তাশিল্লক্লে।

ঙাইদা ঙাইশিল্লক্লবদি মতমসে ঙাইঙমদে। তন্দা তল্লবদি মতমসে খঙহৌদে। ঙসি ঐনা মিনিট অমগী মতমবু নুমীৎ কয়ামিমুক্কা মান্ননা খনবা হৌরক্লে। ঙহাক্কী তুংদা উচিন-নাচিন্না দাসীনি থোরক্লে। মাবু হেক উবদা হরাওনা –

"করম তৌরে দাসী –?"

"য়াম্না ফজনা দেলিভরি তৌরে!"

"ওঃ গোড!" হংখি, "নুপারা নুপীরা?"

"নুপীনি . . .!" মহাক থুনমক চৎখি।

ওহাকী তুংদা ইমাখোয়গী য়ৌরকখি। মখোয় ময়াম লাক্রবনিনা ঐ অমুক মুত্রোমদা হল্লে। ইতোমতা তৃমিশ্রা ঐগী কাদা ফন্ন-ফন্না থনবা হৌখি – থা ৯ চঙলকপদা পোকপা অঙাঙসিদি হিংবু হিংগদ্রনে? হিংজরবদি কয়াদা নুংঙাইগবা! অদুবু হায়রিনে – থা ৯ গী অঙাঙদি হিংগল্লি . . .। অমুকসু চিংনখি – থা শুদবা অঙাঙনবু কয়াদি মথোং চাগবনো! . . . ঐ অঙকপা রাখল অমনা লমজিংখিদুনা অঙাঙ ফাওবা মশক য়েংদনা লাকখিবনি। বিমলানা শোয়দনা রারৌরবসু য়াই।

মথঙগী নুমীৎতা অমুক হোসপিতালদা চৎলে। ইমানা শীন্দুনা পেইং য়ার্ড রুম অমা লৌদুনা মদুদা লৈরম্রে। ঐনা চঙখিবদা অঙাঙ অদু মমাগী খোম থক্লুনা লৈরমী। ঐবু উবদা বিমলানা ইকায়-নুংশি য়ান্ননা মোমোন নোক্রকখি।

কা অদুদা কনানু লৈরমদে। ঙাঙশং ঙাঙবা অঙাঙ অদু ফিনা য়োমশিল্লগা ঐনা থাংগৎলুই। কয়াদা ফজরবা! কয়াদা মপুং ময়ৈ ফারবা! চুমইদনা মীনা হায়নবা, থা ৯ গী অঙাঙদি শোয়দনা হিংলগনি! ষষ্ঠি-পূজা চাউনা শোনবা তাই! ঐনা অঙাঙদুবু হন্ন-হন্না চূপ্লীখি! বিমলা থরায় তানা নোকচখি। নর্স দাসীনি চঙলক্লগে, ঐগী ইতৌদা – "দিনেশবাবু! নুংশিবা হেম্মনবদগী চূপ্লম্বদগী চিকখোক্লুদনা . . .!"

ঐ থুনমক মমাদা অঙাঙদু শিন্নরে। নর্সনা ঐগী ইতৌশিংদুদা মথা তাথরকখি – "হায়মা, ইকায়বীরব্রা? ফবু ফজদ্রনে? রাশি শুন্না চঙখোল্লিবা, হোয়! চঙখোনফম থোকই . . . মমা-মপা অনীমক ফজৈনা! . . . নত্রনে বিমলা?"

বিমলা নোকখি। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি। অদুগা নর্সতা ওনসিন্দুনা – "দাসীনি, অঙাঙসিবু কনা মানবগে – ?" নর্সতু ঙাইহক্তি তুমিন লৈখি। হোয় চমন্নগনি। খুম্বা পাক্কা ঙমগনি থাজদে। মরমদি অঙাঙ অদু ঐখোয় অনীগী শক্কী মনুংদা অমানবা কনা মতবু য়াওখিদে। অঙাঙ অদুদা তশেংনমক ইতোপ-তোপ্পা রাশি গুণ অমা য়াওরি! থম্মোয়গী পাউখোং চনফম।

নর্সনা খুন্নকখি – "মপাদগীনা রাশি . . . মমাদগীনা শক অনীনা তিন্নশিনখিবনি!"

ঐখোয় অহুম বা লাউনা নোকমিন্নখি। নর্সনা বিমলাদা হীদাক অমুক্তং কাপ্লন্নগা থুনমক চৎখ্রে।

ঐ অঙাঙদুবু হন্না-হন্না য়েংনীংবা পোকখি। মহাক্কী মশক্তু অসুক্কী মতীক নুংশিখি। মাবু উরুরগা হায়ফম খঙদ্রবা থম্মোয়নুংগী ইহুল অমনা তত্তনা পাউখোং কয়া চন্নকখি।

বিমলানা ঐঙোন্দা হংলকখি – "ঐখোয় কৈদৌঙৈ য়ুমদা হনখিবা য়াগনি?"

ঐনা খুমখি – "সিদা লৈবসিবু নুংঙাইত্রব্রনে?"

"নুংবুদি মনুংঙাই হায়ববু, য়ারগদি য়ুমদা হন্নসি।"

"হোয়, ঐ ডাক্তরগা অমুক্তং তান্নরকখিগে।"

ইমাসি হেক লাকপগা ঐ ডাক্তর উনবা চৎলে। ডাক্তরনা হায়খি – "মশাগীদি থোইদোকপা অকায়বা লৈররোই। পান্নগদি হয়েং ডিসচার্জ তৌবা য়ারে।"

মথংগী নুমীৎতা বিমলাবু য়ুমদা পুথনবা শীন্নে। চৎলমদাইগী ফিয়ারবেল পার্টি অমা ডাক্তর নর্সশিংগা পুন্না পাঙথোকমিন্নখি। চাবা থকপা লোইরে।

পোৎ-চৈ পূম্না গাড়ীদা হাপকৎলে। বিমলাবুসু মফম চানা গাড়ীদা পোখাহল্লব্রবা মতুংদা দাসীনিনা ঐঙোন্দা চীক্লা কৌথোক্লগা ৱাফম অমতং খঙহল্লকখি – "দিনেশবাবু অদোমদা করিগুম্না অমতংদি হায়নীংবনি। অদুবু মসি হৌজিক হৌজিক্তি মতাং চাদ্রি। হয়েং মতম অমদা নীংশিংজরক্কে। শোয়দনদি লাকপীগনিদনা। শোয়বা য়াদে, তোয়নসু উনগনি হায়বা থাজদে।"

ঐনা হংখি – "কয়াম লুবা ৱানোনে?"

"মদু হৌজিক হায়রুবগী করিবু কান্নরিবা? ঐনা হায়জরিবসিনি, মতমদুদা ঐনা শোয়দনা হায়জগে।"

মানা তাক্লুবা অদুদা ঐসু "ফরে অদুদি চৎলগে" হায়রব্রগা বিমলাবু পূরগা য়ূমদা হল্লক্লে।

মরিশুবা শরুক

## বিমলাদা চিংনা মীৎয়েং

থা খরা হৌখ্রে। অঙাঙ অদু চাউরৈ কনখ্রে। মানা নোংম-নোংমগী হম-হম চাউখৎলকইবগী মতীক ঐগী থম্মোয়গী চিংনবা অদুস্ তত্তনা অসুম-অসুম হেনগৎলকখি। মরমদি অঙাঙ অসিগী মশক অসি ঐখোয়দগী তোপ তোপই। চাউরক-চাউরক্লগা অঙাঙ অসি ঐগী মীৎয়েংদা মওং অমা ওইনা উরক্লে। ঐ ইতোমতা অঙাঙ অসিবু য়েংলগা খনবা হৌরকখি – অঙাঙ অসি থা শুদনা পোকখি। অদুগা অঙাঙসিগী মশাদা করিগুম্বা অকায়বা অমতসু য়াওদ্রি। মহাক্কী মশক তোপ তোপ্না তাই। ঐনা অসুম খনবদা অঙাঙ অসি থা শুনা নাউপুরগা পোক্লকপা অঙাঙনি। নত্তুগদি অসুন্না খক ওইবা য়ারোই। অদু ওইরবদি বিমলা নত্তবা লমচৎ চৎলকপী নুপী অমরা? মহাক্না ঐঙোন্দা লুহোংলকপদগীনা অঙাঙ অসি ফংখিবা নুমীৎতুফাওবদা থা তরাবু মপুং ফাখিদে। অমরোমদা ঐনা মাবু মতম কুইনা ঈস্লোক্তুনা থম্নুরবনি। ঐগী

থম্মোয় অসে চিংনদনা লৈবা শুকগুম ঙমখিদ্রে। ইপুরুীং অসিদা নংত্র-নংত্রবা রাখল কয়ানা অহীং-নুংথিল ঐবু পোত্থাবা ফংহন্দ্রি। সহর নিঙোলগী লমচং নাইদবা, ওক্তুবা শাজং কয়া রারী কয়া ঐ তস্তনা তাথ্রবনি।

বিমলাবুসু ঐনা চিংনরি। মহাক্না মপামদা লৈরিঙে মতমদা মহাকপু কোয়বা, মাগা মুংশিনবা কয়াসু লৈরমগনি, করিগীসু লৈরম্রোই! চহী ২০ হেন্না ময়ূমদা লৈশাদুনা লৈরক্রবদা করিগী মহাক্কীসু অদুগুম্বা মীশক লৈরম্রোই ? মাগা ঐগদি শক শুকখঙ খঙনদনা অহল মশেল রা লোইনদুনা লৌনখিবনি। অমরোমদসু, মহাক্না ঐগী য়ূমদা লাকপা মতমদা করিগীদমক্তা মশক ফজবী, মহৈ হৈবী, ইনাক কৈরাক থুনবী মহাক্না ঐনা থীনা-থীনা হায়রা-ফাওবদা ঐগী খোঙ কোন্দুনা খাঙফম থোকপগে? মতম অদুদা মহাক শোয়দনা মবুক্তা নাউপুরমগনি! মদু নংত্রবদি মহাক শোয়দনমক ঐগী য়ূমদগী চংখিগদবনি! ইসঃ . . . থল্লুবদা তু অসি চুংই!

হে নুপী। নখোয় অসে কয়াদা তুক্কচনীংঙাই ওইরবা! কয়াদা তমথীরবা শানো? করিগুম্বা মহাক্কী মহৌশাগী নুপাদুনা খঙলক্রগা, নংত্রগা খঙলম্রগা ঐবু মীনি হায়খিগদ্রা? অসিগুম্বী নুপী খরনা নুপী খুদিংমকপুসু চিংনহন্দবা ঙমদে! লমচং নাইদবী নুপীশিংনা জগৎ অসি শীনথুংনা লৈরমগনি খনবদা ঐগী থম্মোয়সে রাদবা ঙমদে! . . . মীগী মচাবু ঐনা ইচানি হায়দুনা লৌরি! থাঙ্গেশেংনা নিদুনা লৌবদি ফৈ, ঐবু হূরান-পোৎ থৈজিনফমগুম থৈজিল্লিবা অসিদা ঐগী থম্মোয়সে ঈংথগে হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। লোৎতুনা থন্নীংদ্রে। বিমলাদা হেক্তা থাঙ্গেশেংনা হংলগে হায়না ঐ চপ য়ুংনা লেপ্লে।

নোংমদি বিমলা অঙাঙ অদু ইরুজবীদুনা লৈরম্মী। ঐনা ঐগী কাদগী হায়খি – "নহাক অঙাঙ ইরুজবদু লোইরগা সিদা চঙলকখো।"

বিমলা থুনমক অঙাঙ ইরুজবীবা লোইশিন্নগা অকংবা তরেল অমদা অঙাঙদু য়োমশিন্নদুনা পন্নগা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্লে। মাগী মায়থোঙ হান্নগুম্না মাকা লামই। ঐগা পূমখেন-খৈন্রে। অঙাঙদু তৈথোক-তৈথোক্লা হংলকখি – "করি হায়বগে?" মানা অঙাঙদুবু নুংশিনা অমুক্তং চূপ্পবা মতুংদা মখা তারকখি – "ঙসিদি মহাকপু পন্নরোইদ্রা? মাবু চূপ্পরোইদ্রা?" নুতিগীগুম য়ান্না হরাওনা হংজবা মাগী চমজরবা ৱাহংনি।

মাগী ৱাহৈ খরসিনা ঐঙোন্দদি থম্মোয়বু মচেৎ কয়া থোক্লা কায়হনবগুম থোকহনখ্রে! চাক্লিবা মৈদা অমুক্তা ঘী হৈজিন্নকপগুম অশাওবগী মৈরীদু ৱাংনা চাকখৎলকখি। ঐ অঙাঙদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। অঙাঙদুনা নোক্লদুনা ঐঙোন্দা মাগী নৌরবা মখূৎ মচা অনী তিংথোক্লদুনা পম্মু হায়বগুমসু তৌরি। নুতিগীগুম মাগী মওং মতৌ উরুরগা ঐগী থম্মোয়দা নুংশিবা পোক্লবসু, মহাক অসি মফম খঙদ্রবা অঙাঙনি হায়না খন্থরুবদা ঐগী ৱাখলদা মাবু নুংশিবনা খূদুম চনবগী মহৎতা অশাওবনা ঙসিদি খূদুম চন্নদুনা অঙাঙ অদুবু য়েংলুবা তৌদনা ঐনা বিমলাদা হায়খি – "বিমলা, ঐ ঙসিদগী মীগী মচা অমুক পন্নরোই! . . . ঐনা নহানমখৈ খঙদ্রিঙৈদা অঙাঙ অদুবু ঐগী ইচানি খন্দুনা পন্নুবা, চূপ্পুবদো, ঙসিদগীদি মদুগী নুংশিবদো ঐগী থম্মোয়দগী থাপ্পা হুন্দোকখ্রবনি, হায়যু – মহাক কনাগী মচানো . . .?"

বিমলাগী মকা লাম্লম্নবা মায়থোঙদু মীৎকুপ অমগী মনুংদা ইমক মকশিনখ্রে। মানা খুম্নকখি – "তাকপীরিবা অদুবু ঐহাক ভাব তাবা ঙমদ্রে। অঙাঙ অসিবু কনাগী মচানো, নঙ ঐগী ইচা নত্রনে?"

"করি বিমলা! ঐবু অপঙবা শীদুনা, অন্ধবিশ্বাসকী তুক্কচরবা উং অদুনা নহান মখৈ ঐগী মীৎতা চাইশিন্দুনা থম্রবসু, ঙসিদি মদু পূপ্পা চামথোকখ্রবনি।

লোৎপা অমুক তৌরগনু, অশেংবা অদু ঐঙোন্দা হায়য়ু – মহাক কনাগী মচানো?"

বিমলাগী মীৎতগী মপি শিন্থবা হৌরক্লে। কপ্পা-কপ্পা হায়রকখি – "ইবুংঙো, ঐবু মঙলা তাইবংলা করিনো ভাব অমতা তাবা ঙমদ্রে . . . চিংনবীরিবা মরমদুতদি শেংনা তাকপীয়ু।"

ঐ হকচাং অসি থক-থক নীক্লক্লে। থম্মোয় অসি ফাবা ঙম্রক্লে। হায়খি – "য়েংউ বিমলা! অঙাঙ অদুদা য়াম্না মুম্না য়েংউ? মাগী মশক অদু ঐখোয় অনীগী মরক্তা কনা'মতা মান্দবনি। অদুগা অমুকসু থা শুদনা পোক্লকপা অঙাঙগী ফিভম অদুন্না ওইগদ্রা?"

বিমলা তুমিন্না লৈখ্রে। কপ্প-কপ্পা মখা তারকখি – "ঐবু করি হায়য়ু হায়বগে? ইবুঙোগী চিংনবীরিবদুনা করিনো তাকপিয়ু!"

"নশাগী নরালনা নপোৎ ফারবা ফাওবদা হিংখিনি খন্দুনা নহাক হৌজিকসু চেনগে লাক্লরি। হায়য়ু শেংনা, অশেংবা অদু হায়রবদি নহাক্কী নরাল ঙাকপীগনি . . . নৎত্রবদি . . . হায়য়ু নহাক্না নপামদা লৈরিঙেদগী পুরকপা অঙাঙ নৎত্রা মদু!"

বিমলা লেপ্লস্বদগী লৈমায়দা রাম্নুখ্রে! অঙাঙ অদুনা তৎতনা কপ্পা হৌরক্লে। নুতিগীগুম অঙাঙ অদুগী কপ্পগী খোঞ্জেল তাবা য়াদ্রবসু ঙসিদি ঐগী থম্মোয়দা অঙাঙ অদুগী মফমদা ঐগী নুংশিবা হায়বদু মচেৎ অমতা পোক্লমদে। বিমলা ঙাওনা ফৈনা অঙাঙ অদুবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিন্নদুনা হায়রকই – "ইমাগী ইবেম্মা! নহাকপু কনাগী মচানো হায়বদো ইমাদা অমুক হন্না তাহল্লগনু, নহাক্কী নপাবুংদা ঐ নহাক্কী নচানি হায়না অমুক্তদি খুমউগবা!" অসি হায়রগা মহাক্কী মপি অদু অঙাঙ অদুদা তপ-তপ থাদরি . . .।

ঐগী মৌরাংনা ঙাইরক্লিবা পাউখুমবু নাখেদুনা থম্লগা কপ-লাওবদুনা অমুক্তা হেন্না ঐগী অশাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। হৃকচাং অসি থক-থক নীকখি। ঐগী চিন্দগী খঙহৌদনা হায়দোকখি – "ওক্তবী। লমচৎ নাইদবী।" – অসিগা লোয়ননা ঐগী খুবাক অসিনা বিমলাগী খজাইদা থাখি . . .।

খুদক অসিমক্তদা কনাগুম্বা নুপা অমা থোঙ মপান্দা লেপ্লরে। অদুগা হায়রকখি – "দিনেশ বাবুগী য়ুমবু . . .?"

"মানি অসিনি –।" ঐনা খুমখি।

"চিঠি অসিমতং –" হায়দুনা থম্লগা ইমুং-মনুংগী ঙক্লবা কুম্মৈদু য়েংল-য়েংলদুনা চৎখ্রে।

চিঠিদু ফাক্ল-ফাক্লদুনা ঐনা বিমলাদা হায়খি – "ঐনা হোরেল হল্লকপদা নঙগী নশক্তু ঐবু অমুক হল্লা উহল্লগনু, ঐগী মতীক চাবা অচুম্বা পাউখুম ফংদ্রিবা ফাওবা নহাক য়ুমসিদা লৈবা য়াদে!" অসি হায়রল্লগা মপান্দা থোরক্লে। চিঠিদু ফাক্তোক্লুনা য়েংলুই। অসুন্না ইরমই –

ইম্ফাল

মে, তাং ২ . . .

দিনেশ বাবু! মতম অমদা নফমদা খঙহঞ্জখি – মতাং চানা করিগুম্বা ৱাফম অমতং খঙহনজগে হায়না। মতমদু চারে। ঙসিসিমক ঐগী নাক্তা লাকপীয়ু। থীস্ত্রবদি হায়নীংবা কয়া হায়রমদনা ফোঙদোক্লমদনা কায়নখিবা য়াই। মরমদি ঐ হৌজিক কোমাদা লৈরে।

নহাক্কী

নর্স দাসীনি –।

# অরোনবা ৱা

ঐগী থম্মোয়গী অশাওবসে থিংবা ঙমদনা ঐহাক মফম অদুদগী মপাল থোরক্লে। গাড়ী তোংলগা দাসীনিগী মনাক তান্না চৎলে।

ডাক্তর কয়ামুক্না কন্না লাইয়েংদুনা দাসীনি লৈরম্লে। মহাক্কী শকফমদো য়ান্না শাথিনা ওল্লম্লে। য়েংবদা দাসীনি-নি হায়বা খঙখিদ্রে। ঐনা চঙখিবদা মহাক মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরমই। ময়াম্না ঐহাক লাক্লে হায়না ইনীন নিম্রবদগী মহাক তপ্প-তপ্পা মমীৎ পাঙথোক্লক্লে। অদুগা তপ্পা কৌরকই – "দিনে বাবু লেঙবীরক্লেদনা!"

ঐনা খুমখি – "হোয়, করি ওইনা . . .?"

"ঐ হায়ফম খঙদে . . ." অসি হায়রগা মহাক্না ইঙ্গিত তৌখিদুনা মফম অদুদা লায়কন্নদুনা লৈরম্বা মী পুম্নমক লোইনা হন্দোকপ্রে। কা অদুদা চীক্না ইবান্নিদা ঙায়হৌরে।

মহাক্না হায়রকই – "দিনেশবাবু! ঐনা নঙগী নফমদা করিগুম্বা অরোনবা অমতং তৌগ্রে, মদুগীদমক্তা ঐগী অরোইবা মীৎকুপ অসিদা নহাক্না ঐবু ঙাকপীয়ুকো?"

ঐ য়াম্রা ঙকখি। ঙাইঙমদনা হংখি মঙোন্দা – "হায়বীয়ু দাসীনি, করম্বা অরোনবা থবক্নো?"

"দিনেশবাবু! নহাক্কী নচাগী মরমদনি!"

ঐ শ্বাই লাউখি। থুনমক হংখি – "অঙাঙদুগী মরমদা . . . হায়য়ু দাসী! অঙাঙদু কনানো? কনাগী মচানো?"

"দিনেশবাবু, অঙাঙদু মশক খঙদ্রবী কনাগুম্বী অমগী মচানি। নহাক্কী নুপী বিমলাগী মচাদি পুক্নুংদগী হৌনা শিরম্রে। অঙাঙ অদু থা শুখিদ্রব্রা?"

"অচুম্বনি! থা ৮ তমক ঙায়খিবনি! ফরে, শকখঙদবী অদুগী মচানা ঐগী ইচা করম্না ওইহ্রিবনো?"

"পূম্নমক ঈশ্বরগী লীলানি দিনেশবাবু! ঐ নুমীৎত্তুমক্তদগী ঈশ্বর লৈরি হায়বসি থাজখি! নহাকসু তারগা শোয়দনা য়ানীংগনি!"

"তাকপীয়ু সিষ্টর!"

"শকখঙদবী নুপীদু অঙাঙ উনরবা মতুংদা মাগী পুক্নিংগী অয়োইবা য়াহীপ তানখি। অমরোমদা অঙাঙ অদুদি হিংদুনা লৈহৌরি। অসোমদনা নহাক্কী বিমলাগী মচাদি শিনা ফংখি। অদুবু মশানদি খঙদবনা মানা তত্তনা ইচা পীরো হায়না তকশিল্লকখি। ঈশ্বর মাগী অঙকপা থৌশিননি খনদুনা ঐনা অঙাঙ অদুবু কনা খঙহন্দনা নঙগী বিমলাদা মচানি হায়না লানশিনখি।"

"অদুদি সিষ্টর। নুপী অদুগী মরিমতা কনা অমতা য়াওরক্ত্রব্রা?"

"কনাসু য়াওরক্তে।"

"কমদৌনা মহাক্না মফমসিদা অঙাঙ উনহ্রিবনো?"

দাসীনিনা য়াম্রা রানা স্বর মপী অমতং শাংনা হোক্সরগা মথা তাথরকখি – "দিনেশ বাবু! ঐহাক নুপী অদুগী মরমদা খরদং খঙহন্নমগে। নোংমা

ঐখোয়গী সর্জন্না শুগ্নুগী অথাপ্পা চীংলম্বীদা, লালহৌবা কাঙবুগা কাপনবদা শোক্রবা প্রজাশিংবু লায়েংবা চৎলমই। নুমীৎ অদো নোং-নুংশীৎ কন্না তৌখি হায়। অথেঙবা অহীংদুদা অনাবা লায়েংলুরগা চীংলম্থেলদুদা গাড়ী থৌদুনা লাকপদা চীক্রবা লম্বীদুদা মতম কুইনা চাদা থক্তবনা ফিভম শোক্রবী, ময়াং কংলবী নুপী অমা লম্বীদুদা তুদুনা লৈরমই হায়। ঐখোয়গী ডাক্তরনা কুমথদুনা য়েংবদা নুপী অদু মকুম মথা শুরক্রদুনা অঙাঙ উনগদৌরে হায়বা খঙলদুনা মফম অসি তান্না নুমীৎতুমক্তদা পুবকখি। নুমীৎতুগী মথং নোং হেক ঙানবগা নহাক্নসু নহাক্কী বিমলাবু মফম অসি তান্না পুরকখি। নুমীৎ অদুগী চপ মান্নবা পুংফমদা মবান্নিমক অঙাঙ উনখি . . .।”

ব্বারী অদু তাবা ঐ ঙমশিল্লক্রে ! থম্মোয়গী মিহুলনা হকচাংদগী পাইথোকখ্রগে মতাগুম দং-দং চোংলি। হকচাং অসি হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। ঐনা হংখি – “হায়বীয়ু! মহাক্কী ফিভম মৃত্তিদি?”

নর্স দাসীনি ব্বানা মখা তারকখি – “নুপী অদুগী ফিভমদু ঐ তশেংনা হায়দোকপদা অকিবা পোকই। মহাক নৌরিবী নুপী অমনি। শুরবদা চহী ১৮ মুক হায়রগদ্রা! চাদা-থক্তবনা নুপী অদু থোইদোক্না ফিভম শোক্লে। অদুবু মহাক্কী হকচাংগী মহৌশাগী ফজবা মমি অদুদি মৃৎত্রি। মহাক মমাঙঙৈদা মশক-মতৌ ফজবী, ইনাক-কৈরাক খুনবী মচা-মশু শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি। মরমদি কুইনা শি-চারক্রবা সনা লুপাগী মমি মহাক্কী হকচাংদা অদুম্মক তাদুনা লৈরম্রি।

“অঙাঙদু মহাক্কী পুন্সিগী ইহান-হানবা অঙাংনি। মরমদি মহাক্কী হকচাং কয়াৎকী ফিভম করিমতা কায়রমদ্রি। শকখঙদবী অদুগী মশক্তি মমায় খরা শাংই, কুচু ঙৌই। তোংগানৈ, মনাতোন তুমই, মশম মনা ফৈ . . .!”

নর্সকী বাঙাঙ খুদিং, ঐগী হকচাংসি থক-থক নীক্লকখি। মীহুন অসি তিং-তিং চোংলকখি। চিংনবগী লৈচিন্না অমুক্তা হেন্না থানা কুপশিন্নকখি। পন্থুবা তৌদনা ঐনা হংখি – "হায়য়ু দাসীনি। মাগী খজাইদা অচৌবা শমক্র অমদি থুংলমব্রা?"

নর্সনা গুক্কা খুম্নকখি – "হোয়! অদুদি নহাক করিগুম্বদা মাবু উগ্রে?"

ঐনা খুমখি – "উগ্রে! অদুবু হৌজিক্কুম্বা নত্তবনিনা ঐনা করম্না মামক্তি হায়রুগনি?"

দাসীনি য়ান্না চোকথনা উরক্লে। বানা খুম্নকই "চুমই দিনেশবাবু . . . অদুবু ঐগী অরোইবা পুংজাসিদা নফমদগী নিজনীংবদি – তোল্লবা অঙাঙদুবুদি কনা খঙদনা নচামক্কুম কোনবীয়ু . . .!" মহাক খঙহৌদনা স্বর ফুনগৎলকখি। তপ্প-তপ্না মমীৎ উইশিল্লকখি! পাখৎপগা লোয়ননা ঐনা কৌখি – "দাসীনি! দাসীনি . . .!" মা অমুক খুম্নকখিদ্রে! নৌনা শিন্থরকপা পিগী ঈরিক্কা মহাক্কী মমীৎ অনীমক পিক থনখ্রে।

থুনমক ঐনা মপান্দগী ডাক্তর কৌশিল্লে। ডাক্তরনা মাবু ইনজেকসন অমা হাল্লনা থৌরাং তৌরক্লবগুম পীখি।

মীৎকুপ খরগী তুংদা স্বর হোন্থরকখি। মতম কুইনগী ওইনা অমুক্তং মাগী মমীৎ পাঙথোক্লকখি। ঐঙোন্দা য়ুন্না য়েংলদুনা করিগুম্বা অমতং কন্না থিবা হোৎনরি। ডাক্তরনা মাগী মোন মখাদগী নিংথিনা সিল তৌরবা ইনভেলব অমা পুথোক্কুনা মঙোন্দা পীরে। দাসীনি বা ঙাঙবদি থোকখিদ্রে। ঐঙোন্দা চিঠিদু লৌরো হায়না মঙক নেম্নকখি। ঐনা চিঠি হেক পায়বগা মহাক মতম কুইনগী ওইনা অদুম্মক পোখাখরে। ডাক্তরনা ফিঙৌ অমনা দাসীনিগী মশাদা শাংনা কুপশিনবীখি।

# অবলাগী মপোক

ওস্রোকপনি থম্মোয়!

ওথেল্লোগুম ঐসু পঙগ্রেদনা খল্লুবদা ঐগী থম্মোয়সে পুঙমদ্রে। লানজদ্রবী কনাগী থম্মোয় মৈচাক করম্না খাঙগনি? ডেসদেমোনাগী থম্মোয়গী অৱামৈচাক কনানা খঙগনি? ঐগী নীংবা কায়খ্রবী বিমলাতনদি খঙলমগনিকো।

অমরোমদা ঐগীদি মীগী মৱা লৌরুবসু নত্তে ইতোমতগী থম্মোয়দগী থোরকপা অরানবা ৱাখলশিংদুনা লাকশিন্দুনা ঐগী থম্মোয়বু ঐনা খুদুম চনবা ঙমখিদবনি। মৱাল লৈত্রবী বিমলাগী মফমদা ঐনা চৎলূরিবা শাজৎ অদুগীদমক্তা খঙ্গরুবদা ঐগী থম্মোয়সে শেৎ-শেৎ কায়খি।

করম্নসু কৌরোই নুপী ওইবীগী মপোকপু অবলাগী মপোকনি হায়না। কয়া নিঙমদ্রবা থম্মোয়নো? ফুইনা হৌবা নোংগী ইরিককুম মহাক্কী মমীৎতগী শিল্পখিবা পিরিকশিংদো গুম্ভীরগী পি নৎলমদ্রে। মহাক্কী অশেংবা থোৎলবা থম্মোয়দগী, কল্লবা, য়াক্লবা অরানবা ৱাহৈ কয়া থারুবদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা শিল্পখিবা পিরাং ঙাক্তনি। অদুক য়াম্না পিরাংদুগী লমন ঐনা করম্না শিংলুগনি?

নূপা ওইবশিংগী থম্মোয়! করিগী অদুক তমথীরুরিবা! ঐগী কল্লবা থম্মোয়সিদগী মহাকপু থেন্নবা অথোৎপা ব্রাহৈ থোরকখিগদ্রা?

লম্বীদা লাক্লি হায়বা ঐ কাউথোকখ্রে। থুনমক ইমুংদা চঙদুনা বিমলাবু কোয়থি থিরুরে। খুদক্তুদা ইমানা চেনথোরক্তুনা হায়রকখি – "নূপামচা! নহাক্না বিমলাদা করি হায়রুরবগে?"

ঐনা খুমখি – "ইমাসি, ঐনা মাবু লান্না লৌরুরে। ঐ হৌজিক্তা নীংঙল্লকত্রে! হায়বীয়ু ইমা, মমা-মচাদু মফম কদায়দা লৈবগে?"

ইমানা কপ্লদুনা হায়রকখি – "খঙদে, মখোয়না কদায়দা চৎলিবা? বিমলা থিবা খঙদ্রে – মমা মচামক মাঙখ্রেনে ইমাগী ইবুঙো!"

অনুতাপকী মৈচাক্না থম্মোয়দা থুন্না য়ৈশিল্লক্রমাল্লে। থক-খা ওল্লক্লে। বিমলা মমা-মচামক মাঙখ্রে হায়বা তাবদা ঐহাক ইমুংদগী চেন্থোরকক্লে! মাবু তত্তনা কৌবা হৌরক্লে। কনানা তাবীগনি? কনানসু খুম্বীরকত্রে।

খোঙনা পুবা মায়কৈদা ঐহাক চৎলে। ঙহাক লৈরগা চীক্লবা লাইশঙ অমদগী মতম চাদনা কাংশিগী খোঞ্জেল তারে। মায়কৈ অদোমদা ঐসু অপনবা লৈতনা চঙশিনখি, উরক্লে – বিমলানা অঙাঙ অদুবু মথানুংদা চেৎনা কোল্লদুনা ঈশ্বরগী মফমদা ব্রাকৎপা হৌরক্লে –

হে ভগবান!
থম্মোয় মৈচাক খাঙ্ঙমদদুনা
ব্রাকৎচবা লাকচরে ননাইনা।
অসিবু কনাগী খুৎশেন্নো?
অসিবু কনাগী মরালনো?

পাণ্ডজদ্রবী ঐগোন্দা করিগী –
ওইথোকত্রবা দশুসি পীবীরি?
ইশাগী ইরালবু খগুমদবী
ঐবু করিগী হিংহনবীরি
চিংশিনবীরোনে ননাক্তা
লৈহনবীরনু সংসারসিদা।

ঐ থম্মোয় কায়খি। মীৎতগী পি অরৎপা লৈতনা শিহ্নখি। খুদক অদুমক্তদা ঐনা হায়খি – " নত্তে-নত্তে বিমলা! নগনা তৌরিবদো করিনো, করিগীদমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা থম্মোয় শোক্না ব্লাকৎপগে? লাক্লো অমুক্তদি . . . পাপ চেন্নবা ঐবু গাকপীরো! ঐনা নগী নফমদা মশীং খগদনা লানথ্রে! ইরালনা ইপোৎ ফারবা ঐবু হন্দকমুক্তংগা গাকপীররোইদ্রা . . .?"

বিমলা মমীৎতগী মপি ইরা চেন্নদুনা নিংগমদনা হায়রকই – "ইবুঙো, করিগীদমক্তা ওক্রবী ঐবু অদুক ব্লানা থিবীরক্লিবনো! ইশাগী ইরালবু ইশানা খগবা গমজদবী ঐনা হিংদুনা অমুক লৈরুবগী করি কান্নরিবগে?"

ঐ মীৎতগী পি খান্না গমদনা শিহ্নরকখি অরৎপা লৈতনা। মগোন্দা হায়খি – "বিমলা, ঐ অসে ইরালনা ইপোৎ ফারবা মী অমনি! নহাক্কী নরালদি করিসু লৈতে। ব্লাখল থেন্নবা ঐনি! খগলুদদুনা শোয়থ্রবনি! হায়গমদনা লানথ্রবনি নফমদা। ঐবু গাকপীররোইদ্রা? মমাঙগৈদদি নগনা ঐগী ইরালবু হন্ন-হন্না গাকপীখিবা নৎত্রা? গসিদি গাকপীররোইদ্রা? থম্মোয় ফাবা গমদ্রবা শাগন্নবা ঐগী থম্মোয়সে নহাক্না গাকপীদ্রবদি কনানা অমুক গাকপীরগনি?"

বিমলা কপ্পা ব্লানা থিংলগা ঐগোন্দা হংলকখি – "অদুদি হায়বীয়ু ইবুঙো, অগাঙ অসি কনাগী মচানো?"

ঐনা খুমখি – "ঈশ্বরনা পীবা নঙ-ঐগী ইচানি . . .!" অদুগা ঐনা নীংঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়গী ৱারীশিংদো মঙোন্দা লোইনা তমথোকখি। বিমলানা তোল্লবা অঙাং অদুবু য়েংলগা হন্ন-হন্না চুপখ্রে! কয়াদা চমজখ্রবা মাগী থম্মোয়নো!

মহাক্না অমুক হায়রকখি – "ইবুঙো, তোল্লবা অঙাঙ অসিতদি ঐগী ইচানি হায়বীয়ু! ঐনা মহাকপু পুন্সিসিমগী কায়নবা থক ঙম্রোই!"

ঐগী অতৈ পাউখুম অমা অমুক লৈখিদ্রে। মীৎতগী তারকপা অশাবা পিতনা মহাক্কী ৱাহংগী পাউখুম পীখি।

# অরোইবা মতাং

"নৈন-নৈনরগা পাকথোরক্কনি তাইবংগী ৱারী
তার-তারগা চাকথেরক্কনি অনুতাপকী মৈরি –
নৈনরুরনু-তারুরনু মেনশিল্লো উইশিল্লো মীৎ-নাকোং
অচুম্বা কনাগী ফৃগায়রবা মিংচৎ-উরোং
মতমগী কল্লবা ময়ানা, গুমগদ্রনে কৃপশিনবা!
গুমলোইকো কনানসু, নমশিন ফুমজিন্দুনা থমজিনবা!"

লমফাংলবা তাইবংগী কাউগল্লবা সংসার অসিদা ঐহাকসু করিগুম্বা অমবু কাউথোক্লুরে। নীংশিং-নীংশিং মাদুনা চৎচবা শুক্লা মল্লবা অহীংগী লম্বীদা করিগুম্বদা খুজিল-খুৎনানথোক্তগী খুদি থীরুরবদি লম্বেল অদো নীংশিংবা থোক্তনা মাগুখিগনি। তোর্ব্বান থুমখ্রবা ঈচেলগী ঈরৈ কল্লবা ঈয়ায়দা ঈরাক্লরবা কনাগুম্বা অমনা মাগী থৱায় হিংননবগীদমক্তা পাম্বৈনি হায়না করিগুম্বা অমবু হরাওনা কোনজরুবদা মহূ কল্লবা তাংজ লিল করিগুম্বদা ওইরম্বা থোক্লবদি ঈরাক্লরিবদু করম তৌগদগে? মাগী মফমদদি কৈ কিদুনা চেল্লগা শাওম ওক্লে হায়বদো থোক্লগনি! অৱাবদা অৱাবা হাপচিনবা তাইবংগী হৌনশারা?

ঐগী কাদা হৌখ্রবা ঐগী পাপকী মশক ওইরবা থৌদোক কয়াদু অমমমতা ওইনা নীংশিংলি। মীওইবা! নঙ অসে মালেম নৈতংগাইথক্তা নুংঙুম তাদুনা নৈরবা, তাইবংগী অৱা-অনাগী মৈচাকসি নীংশিংদ্রবা, নুংশিবা মশক খঙলমদ্রবা, অরাম থৌরাং ফাওরমদ্রবা – ওঃ অদু ওইরম্রবদি কয়াগী মতীক নুংঙাইজরমগবা! কয়াগী মতীক পেনজরমগবা! অদুবু মীওইবদি নীংশিংবগী শক্তি কয়াদা কনখ্রবা! হৌখ্রবা থৌদোক-ৱাথোক অমবু করিগুম্বা মতাং অমদা অকাউ-শীংদা চনখ্রবসু অমুক হন্না করিগুম্বা অমদগী নীংশিংলকই।

খঙহৌদনা ফুরীংখাওদা মাশিল্লুবদা ঙসাই নর্স দাসীনিগী অৱোইবা মীংকূপতা পীরম্বা চিঠি অদু থেংনরুরে। করিবু ওইরমগবা খন্দুনা শং-শং ফাক্তোকুনা য়েংলুবদা চে অনী পোপ-পোপ তারকখি। অমনা ফোটোনি! অমনা চিঠিনি! ফোটো অদু খংয়েং য়েংশিল্লুবদা কুইনা উখিদ্রবা, অমুক্তি উখ্রবগুম তৌখ্রবা শকফম অমা ঐগী ৱাখলগী মরুমদা উখি। ঙহাক নীংশিংবদা – খঙলক্রে – মহাক চাদা-থক্তবনা ফিভম কায়রবী, ঐঙোন্দগী নোংমা ঈশিং নিখিবী, ঐনা অঙাওবীনি হায়খিবী, অমুকসু নুমীৎ অদুমক্কী ঐগী মঙদা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লদুনা নৈরম্বী, ঐনা ঐগী মতম কুইনগী মমাঙগী মেহরুনি হায়খিবী নুপী অদুগী অশেংবা শকফম অদুনি।

ঙাইঙমদনা চিঠি অদু ফাক্তোকুনা পারুবদা অসুন্না থেংনরে –

"দিনে বাবু –

ফোটো অদু অঙাঙ অদুগী মমাগী ফোটোনি। মহাক্না শিরমদাইদা হায়রম্মী – 'মহাক্কী মমিং মেহরু কৌই। মহাক মুসলিম নিঙোলনি। অঙাঙ অদু কনাগুম্বা হিন্দু পাখঙ অমগী মচানি!' অসিতমক হায়রম্রগা মহাক অদুম্বক

সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। নহাক্না করিগুম্বা মুসলিম নিঙোলগী শকখঙদবা মচাবু য়োকপা পামদ্রবসু মহাক্কী মরী মখোঙতদি থিরগা পীবীখো, ঐতগী রাখলদি নহাক্না তোল্লবা অঙাঙ অদুবু কনা খঙহন্দনা নচাগুম অদুম য়োকপীরবদি পুন্সিদা মহয় ওইগনি।

নহাক্কী –

দাসীনি দেবী।"

থাঙফম খঙদ্রবা থম্মোয়না ফোটো অদুবু মুন্না য়েংলুরগা ঐগী থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিল্লুরে।খল্লুবা লৈতনা থম্মোয়নুংদগী থোরকপা "মেহরু" হায়বা রাহৈনা ঐগী পীক্রবা কাদু খোঙ্গাং য়ৈখি।

কপ্ল-কপ্লা ফোটোদুবু মুন্না য়েংলগা ঐগী চীন্দগী শোন্দোকখি – "মেহরু! নঙনা সমাজগী কল্লবা মীৎয়েংলকসিদা কয়াদা রানা খাঙলমগনি! হে ঈশ্বর! নহাক লৈতবা নত্তে লৈ! নহাক্কী অঙকপা নপাউখোল অমা পীগে হায়দুনা থৌরাংব্রা? মীওইবগা মীওইবগা খৎনরিবা-চৈনরিবা য়েংথীনরিবা! জাৎ-বিজাৎ খায়বগী রাথোক্তনা শান্তি লৈত্রবা জগৎ অসিদা নহাক্না মীগা-মীগা খেন্নবা রাখল থমদনবা হোৎনরকপা থৌরাংলা? মীনোক চাউখ্রবা সমাজসিদা থম্মোয়গী অমদি হকচাংগী পাঙ্গল শোঞ্জরবী মেহরুবুদি মীনা থীনা ঙাঙনগনি খন্দুনা পুশিনবীখ্রে! অদুগা মাগী নুংশি খুদোলবুদি ঙসি ঐগী নাক্তা সমাজনা খঙদনা থম্বীরম্রি!

ও! . . .

হে তাইবং! হে অনুতাপ! হে নুংশিবা!

নহাক্কী কল্লবা চৈরাক্তা খাঙবদা কেন্নবা!

কাখোক্রবা থম্মোয়দা করিগী নীংশিংহল্লি?

ওইনা চাউখীদুনা করিগী বন্দিনী ওইহল্লি?

পূন্নমক অমত্তনিকো।

নহাক্তনা খায়দোকপনিকো।

হনগৎনা য়েংখৎলুবদা বিমলানা মমীৎতগী মপি চদুম-চদুম শীন্থরদুনা ঐগী তুংদা লেপ্লগা ঙসাই মখৈ য়েংদুনা লৈরম্লি।

লোইরবা।




মেহরু/১০৬

# শরৎ পব্লিকেসন্স ওইনামনা ফোঙলবা লাইরিকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। মেহরু (১৯৬৭, ১৯৭২, ১৯৯৪) | উপন্যাস | শরৎচন্দ্র |
| ২। পুজারী মেম্মা (১৯৬৮) | ,, | ,, |
| ৩। অরুনী (১৯৬৯) | ,, | ,, |
| ৪। ইতৈমা (১৯৭৩) | নাটক | ,, |
| ৫। অহেনবা ঈ (১৯৮১) | ৱারীমচা | ,, |
| ৬। ঈশৈ অমগী স্থুর (১৯৮১) | উপন্যাস | ,, |
| ৭। জাৎ তিন্নদ্রবী মেহরু (১৯৮১) | নাটক | ,, |
| ৮। ফিজিগী মণি (১৯৮২) | ,, | ,, |
| ৯। ইবোচৌবগী ইমুং (১৯৮৩) | ,, | ,, |
| ১০। জীবশিংগী ৱারী (১৯৮৪) | চিলড্রেনবুক | ,, |
| ১১। লেঙদ্রবা মঙাল (১৯৮৪) | ,, | ,, |
| ১২। মৈতৈ নুজা (১৯৮৫) | ,, | ,, |
| ১৩। নুপী অতোপ্লবী (১৯৮৬) | ৱারীমচা | ,, |
| ১৪। য়োকচবী বাঙ্গলা দেশ (১৯৯০) | ,, | সুধীর নাওরোইবম |
| ১৫। মণি পরেং (১৯৯১) | ,, | শরৎচন্দ্র |
| ১৬। মৈ চঙলবা চেক (১৯৯২) | ,, | সুধীর নাওরোইবম |